ভগুবা খুৎনম          লু৮ শিদবা

# অঙাং ইপান থাবা
# থোরম পরেং অশুবা


ইজবাঃ — মীয়ামগী ননাই
নোংথোম্বম নরান
লুরাংশংবম ।



ইবা থা-কালেন্সগী থাশু ১৯৭৪ ইং
মীতৈ মরুপ চহিবোন ৩০ শুবা।

১৯৭৬ ইং ) অমুক উনম তৌজবা
' মুনান ( মীতৈ ) মৈতৈ
ন ( লংথবাল কুঞ্জা ময়াই লৈকাই )
.ত মরুপ
২ শুবা পোইন্নু থাবুং ১৯৮৬ ইং

মমল লুপা ১০/-

ইকাই-খুম্নবদা মতিক-চারবা ইতোন ইবুংঙো—লুরাং নিংথৌ মশাই কোন্দা পোকচবা – নোংথোনবম শাগৈদা চাউজবা নরান মীতৈনা ইপা ইপুগী লনগৈ মাঙহনবা য়াদ্রে হায়দুনা অহন মনাকতা ফমজদুনা মীতৈ —(মৈতৈ)— ঐখোয়গী লাইরিক কয়ামরুম ফোংদোকপিরমই। অদুবু—ঐদি—অহল ওইরকলে— মরম অদুনা – লাইরিকশিং অসি মথং মথং ফোংদোক্নুনা মালেম, ইমাগী মপারি মমোমশিং অসিদা অমমম থুংহনবা ঙমজৌ হায়না মচা ঐঙোন্দা তাকপিরক্লুনা, পাংজদ্রবা — নচা ঐনা মথং মথং ফোংদোকপা ঙম্বা ওইজগে হায়দুনা তাইবং মপুদা থৌনিজরি। ইতোন ইবুংঙোবু মতম কুইনা তাইবং কুম্মৈ য়াওহনবীয়ু হায়দুনা নচানা তাইবং মপুদা থৌনিজরি

নহাক্কী নচা

য়েন্দ্রেম্বম মুনান মৈতৈ

থোংলেন তাইবী লাংথাক পান

( লংথবাল কুঞ্জা )

তাং ১। ১। ৯৩

# হুৎ সিদবা

অত্তাং ইপান থাবা,
চউপ্পা, নাহুংপা, লংহীংথাংবা,
লাইমিং লৌবা, লুহোংবা,
থৌরম লাইরিক।

## অহানবা থৌরম

লাইনিংথৌ লৈমরেল্লা মপান্নী অনি পোকই মমিংদি সম্নামহী পাখংবা কৌই। সম্নামহীনা তাইবং শেমহল্লী। পাখংবনা মচা তরেৎ পোকই। মচা তরেৎকী মমিংদি খুমন, মঙাং, লুৱাং, অঙোম, মোইরাং, খাবা ঙানবা [৭] অসি পোকই। মীতৈদি [৭] অসিদগী হৌরকই। ইপুথৌ [৭] বক্তা চৎলকপা লিচৎ লাইনিং থৌরম মখাদা ইরি। ইপুথৌনা ইপু পোকই ইপুনা ইপা পোকই ইপানা ঐ পোকই। ঐনা ইচা পোকপদা ইচাগী নাকোং অনিদা লাইগী মিংথৈ সোনবিবা।

[ সোনগদবা লাইকোন ]

ইং সিদবা অপোকপা পোক্লেল পোকপা সাংলেল শাহ্পা সিদবা মপু ফুহিং সন্না লাইজরেন সন্না কথাল মহীরেন। নন্নামিংনা উবা লাইদি ইপা ইমানি। নিপানা য়েংঙা ফুপিনা ঙইদা হায়গনি। ইপাগী থৌজান্দগী মুংসাংনা বাৎত-পাদনা পান্নুকো।

## অয়ুক্তা মাইবীনা অঙাংগী
## ইপান থাবা

### ২ শুবা থৌরম

অঙাং পোকপা সুমিৎ (৬) নি শুরগা অয়ুক্তা ইমুং রাইরম তৈথোক্লগা মাইবীনা ইপাল থাবা।

### তৌগদবা থৌরম—

ইমুংগী থোংজিল মনাক্তা রাই তৈথোক্লগা য়াংকোক অমা থম্বা য়াংকোক মথক্তা লা থাবা, লাগী মথক্তা চাক চাহুম অহুম য়েনশাং ঙারম (৭) হৈরম (৭) কবোক নাচন (৭) লৈরম (৭) থুম কাগুপ; ফৌদাং শেল খুৎনেৎ মৈরা মেক্রূক থাহনা ইপাল থাবা।

### সোনগদবা লাইরোন

অঙাংগী হকচাং কায়াৎ সুংদা চেনবীরিবা থাখোং, লাইখোং মরোং খোং, য়াইবীখোং, লৈমখোং, থম্বালখোং, অতৌখোং [৭] মকপূ ঈরম খোংলম চুমহম্বিহনা অঙাংগী থৌরায় মপুং ফাহম্বিহনা প্ন্সি সুংশাং পীবিনবা অঙাংগী পম্থৌ মপানা পলেম মম'না মঙাং-সিদবা, লুরাং-সিদবা, খুমন-সিদবা, ইপুধৌ অহুম্মক্তা লুক [৩]য়েনশাং ঙারম [৭] হৈরম [৭] লৈরম [৭] কবোক নাচন [৭] থুম কাগুপ ফৌ লাইতং [১] শেল খুৎনেৎ মৈরা মেক্রূক কৎলগা, মঙাং, লুরাং খুমন, ইপুধৌ [৩] দা প্লনেমজগনি।

[ইপুধৌ [৩] দা কৎপা লোইরগা অকৎপা লুক [৩] অহু কোম্থোংদা থাদোকপা ]।

## [ লাইরোন্দি ]

লম্মাবা তুমাবা লম্মশেনবা তুশেনবা নখোই পুন্নমক্তা অঙাং অসিগী পুন্সি হুংশাংনবা ইপুথৌ [৩] মক্তা কৎপা লুক অসি নখোই পুন্নমক্তা অমুক কচ্চরি। অঙাং অসিগী পুন্সি হুংশাংবা পীনবিরম্ম অসি হায়দুনা পুনেমজবা। [ মসিদা অয়ুকী থৌরম লোইরে ]

## [ নুমিদাংগী তৌগদবা থবক ]

ইমুংগী ফক্তোম মনাক অসি অপোকপগী কম্বাল থুদানি মফম অসিদা কম্বাল অমা থাবা ফ৽াল মথক্তা অঙাংগী ফুরিৎ (১) ফৈজোম (১) মুপী ওইরগনা ফনেক (১) ইনফি (১) শমজেং (১) মিংসেল (১) লিক (১) অঙম্বা শেল থরা পুন্নমক অসি অহনবা হাপ্পা। লাইরেম্বীগী ফনেক (১) ইনফি (১) হাপ্পা কম্বী অমদা চেং অঙৌবা থরা লফোই চংথোকপা লৈফাং (১) (কা) উটৈ মরু মনা (১) হাপ্পা হৈরুক লাকোই (৬) (পান্না) উটৈ মরু মনা লাকোই (৬) মৈরা মেক্রুক অসি কম্বাল মমাংদা য়াম থরা চাইবা য়ামগী মথক্তা ফৌ থরা থম্বা ফৌগী মথক্তা ঈরাংফু থিনবা। ঈরাংফু মম্বুংদা (কা) উটৈ মরু মনা (১) লাফোই (১) শেল (১) হাপকনি। ঈরাং-ফুগী চুথেক (৪) দা তেঙ্গৈ (৪) য়ুংগনি লংজা (৭) না কোইগনি তেন য়াওগনি তেঙ্গৈ (৫) য়াওগনি চেং থরা মৈরুম (৭) হৈরম (৭) লাংথৈ, তাইরেন পোংফাই য়াওগনি। লাইরোন শোনবা লোইরগা অঙাং অহু (চা-চন্দোন) উরনী লৈপাক্লগী মনম মুংশিবা মরম (৭) না অঙাংগী লাইরুকচিংবা মকম (১২) দা নম্বীগনি।

লৈং অহিংবা লংজ্রা (৭) না মথুং য়েত্তা কিগনি। মুপী ওইরগা ওইদনা, নিপা ওইরগা য়েত্তা কিগনি। (ঈরাং হৌরমদাইদা কংকদবা মী অহু তেক্লোং অমদা ঈশিং হৈরগা লৈ থরা থাদবা থুংনা কাক অমা পাইবা ঈশিং ঈরু অহু হৈরগা অমুক্তং কপ্লগা মালেমদা অছমলক হৈদোকপা অমুক কনবা ঈশিং ঈরু মরীক (৩) থকনি। থুংনা হর্কচাংগী মক্কম (১১) শোকনি অহু লোইরগা থুং মচা (১০) না তিংলাং কাক্লোং অমম্বং থুমুপোন শাগনি। অহু লোইরগা তাইরেন পোংকাই লাংথে না ঈরু ঈশিংদা মুপ্লগা হর্কচাং অমম্বং পোং পুখক হাইদোকনি।

## লাইরোল্দি)

হু সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোক্লেল পোকপা শাংলেল শাংপা ইবুংঙো ইবুংঙোগী য়াথংনা ইচেল ঈরু ওইরগা পাথংবগী ঈকোন্দা ঈশেং ওইনা তুংলগা মহাই তাইরেন পোং-কাইদা শিম্বরকপা মতমদা তাইবং মরুপ খিবিক্কী য়াইফ থৌরম লাকপদা নহাই তাইরেন পোংকাইনা ঈশিং ঈচুম হায়রগা ঈশেং ঈচুম মরীকপু মক্কম থুদিংদা তারগা অমাং অমোয় ফত্তবা মরিন শীংনা কোকনি লাইয়ামশিংনা লেপবা সিদয়াথং ঈচেক্লনি। হুঁ সিদবা মপু অপোকপা পোক্লেল পোকপা শাংলেল শাংপা অসি শোল্লগা পুম্নমক চাইথোকনি) লাইরোন অসি পোং শেংবা মী শেংবা অনম্বা কোকপা পুম্নমক শোনবা য়াম্বনি।

ইপুধৌ পাথংবগী তুংজেং ঈশিংবু ঈরাংনা কৌগনি। ইপুধৌগী য়াথংনা পুম্নমক অসি ঈরুনি থংগনি।"

হু৺ কোংবা তুরেল, ইরিল তুরেল, তুরেল অচৌবা, নমুল তুরেল, চীঙ্গোই তুরেল, তাকায়েন, লম্ফেল, ঈকোক, লোক্তাক, ইঙৌরোক, মুংজেংকোন ঈরুবীনচিংবা ইরাংফুদা তুংলরো ননাইনবু কৌজরি। (ঈরাংফুদা ইরু ঈশিং (৩) লক হৈগনি।)

## লাইবু লাইবোননা শেংগনি।

### (সোনগদবা লাইরোন)

হু৺ সিদবা মপু ইবুংঙো। অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেল শাংপা ইবুংঙোগী য়াথংনা পুম্নমক্কি।
তেংবানবনা ওইদৌদা অশেংবনি হাইহুনা ইশেং হাইনা থংনখি, লাইগি মকুপ খিবিক্না ইপুথোদি পাখংবা তাইবং চিঙ্গার্ক লোমবদা, সেংখরবা মফমদু খিরকলবা মতমদা, মুংজেং ইকোন ইশেংদা য়াতারগে লেংশিনখি সেংখরবা ইশেংনি তাইবং চাদা তাকপিখি। তাইবং চাগি য়াইফা ইবাং থৌরম লাকপদা মুংজেং ইকোন ইসেংনা চাযরবা মতমদা। ফত্তা হৌথি মাংগনি তিনকোক লাইকোক ওইগনি লাইযামশিংনা লেপনবা সিদা য়াথং ইচৈন্নি। মুংজেং ইশেং ইরুবী ইফুন্নুংদা তুংলরো ইপুথৌসু পাখংবা ইফুন্নুংদা ভানবিরো।
হু৺ কুক কুক কুক। ঈরাংফুদা ঈশিং লৈ—চেং হাপকনি।

## মথাংগী লাইরোনশিনা লাই মঙা কৌগনি।

হু৺ সিদবা মৈ-কৌবা লাই ইবুংঙো।

নসেক নঙান নিংথিবা য়াইফ মুঙায় পিরিবা।
অফ-ফত্ত চাকইবা অমম অঙান থাইরিবা।
ঈরাং থৌরম তৌজক অনাইনবু কৌজরি।
মফমসিদা লাকপিরো য়াথক মিংয়েং তাবিরো।
হু৺ সিদবা মৈখু থুরুমজে। হু৺ কুক-কুক-কুক।
(ঈরাংফুদা ঈশিং ইরু অমসুং লৈ-চেং হাপকনি)।

২। হুঁ সিদবী ঈশিং লৈমা ইমা ইবেম্মা।
ঈশিং ইচেল ইসুং ওইরিবী তাইবংপানবা য়োক্লিবী।
লাইজ ঈশিং ঈরুবী অক-কত্ত সেংলিবী।
ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি।
মকমসিদা লাকপিরো থৌজান মিৎয়েং তাবিরো।
হু৺ ঈশিংবু থুরুমজে। হু৺ কুক-কুক কুক।
( ঈরাৎফুদা ঈশিং লৈ চে হাপকনি )।

৩। হুঁ সিদবা সুংশিৎ লাইজ ইবুংঙো।
লাইজ সুংশিৎ নামিবা তাইবংপানবু ইংহনবা
থৌবাই হায়না খংঙিবা তেংবানবদা শিংলিবা।
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি মকমসিদা
লাকপিরো য়াইফ মিৎয়েং তাবিরো।
হু৺ সিদবা সুংশিৎ নিংথৌ ইবুংঙোবু থুরুমজে।
হু৺-কুক কুক-কুক ( ঈরাৎফুদা ঈশিং লৈ-চেং হাপকনি )।

৪। হুঁ সিদবা লৈপাক-মালেম ইমা ইবেম্মা।
তেংবানবগী মমানি য়েননৌ হুনবী য়াইফবীনি।
তুংনকমবু ওইরিবী মচা মনাই য়োকলিবী।
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি।
মকমসিদা লাকপীরো য়াইফ মিৎয়েং তাবিরো।
হুঁ লৈপাক লৈময়োনবু থুরুমজে হুঁ কুক-কুক-কুক
( ঈরাৎফদা ঈশিং লৈ-চেং হাপকনি )

৫। হুঁ সিদবা অতিঙাবু থুরুমজৈ।
অতিঙা–লমজাও লমহাং ওইরিবা ইনিনথোনবু পোল্লিবা
নুমিৎ থাস্থ অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা।
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি।
মফমসিদা লাকপিরো য়াইফ মিৎয়েং তাবিরো।
অতিঙা লমহাংবু থুরুমজৈ।
হুঁ কুক কুক কুক (ঈরাৎফুদা ঈশিং লৈ-চেং হাপকনি)

## মাইকৈ ঙাকপা লাই মরিবু লাইরোন্না কৌগনি।

১। হুঁ সিদবা অৱাং কৌব্রু লাইবু লাইরোন্না কৌজরি। অৱাং কৌব্রু অস্থপ্পা লৈমা-লাই খুন্দা অহানবা থা (৬) ঈথাবা থা (৬) উন ইবা অৱাং নোংচুপ লাকয়েন মফম তাকইবা। ঙসি য়াইফ নুমিত্তা ঈরাৎ তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। (ঈরাৎফু মখোংদা ঈশিং লৈ-চেং কৎকনি)

২। হুঁ সিদবা চিঙ্খৈ মার্জিং লাইবু লাইরোন্না কৌজরি। চিঙ্খৈ মার্জিং লাইনিংথৌ তাইবংয়েন অৱাং নোংপোক মফম তাকইবা ঙসি য়াইফ নুমিত্তা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। (ঈরাৎফু মখোংদা ঈশিং লৈ-চেং কৎকনি)

৩। হুঁ সিদবা থা-না চাউবা ৱাংব্রেন লাইবু লাইরোন্না কৌজরি। থা-না চাউবা ৱাংব্রেন থমনুং তুবী নিংথৌরেন তাইবংপানবা চিংঙিবা থা-নোংপোক মফম তাকইবা ঙসি য়াইফ নুমিত্তা

ইপান থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। (ঈরাৎফু মথোংদা ঈশিং-লৈ চেং কৎকনি)

৪। হু৺সিদবা ইপুথৌ থাংজিং লাইবু লাইরোম্না কৌজরি। ইপুথৌ থাংজিং কোইরেংলাই তৌইবং পানবা থাংচুনা পুরিবা খা-নোংচুপ মফম তাকইবা ঙসি য়াইফ হুমিত্তা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। (ঈরাৎফু মথোংদা ঈশিং-লৈ-চেং কৎকনি)।

## লাইয়াম পুম্নমকপু কৌবা লোইরগা

নহাই তাইরেন পোংফাই লৌথত্তুনা হকচাং অমম্তুং লাংঙিবা পোৎলম পুম্নমকপু শেংদোক্কনি।

**লাইরোন্দি** - হুঁসিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোক্লেল পোকপা শাংলেন শাংপা ইবুংঙো, ইবুংঙোগী য়াথংনা ঈশেং ঈরু ওইরগা প্যাথংবগী ঈকোন্দা ঈশিং ওইনা তুংলগা নহাই তাইরেন পোংফাইদা শিন্থরকপা মতমদা তাইবং মরুপ খিবিকী য়াইফ থৌরম লৌকপদা ননাই তাইরেন পোংফাইনা ঈশিং ঈচুম হায়রগা ঈশেং ঈচুম মরিকপু মফম খুদিং তারগা অমাং অপোই ফত্তবা মরিন-শাংনা কোক্কনি লাইয়ামশিংনা লেপ্পবা সিদ য়াথং ঈচেম্মি। হুঁসিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোক্লেল পোকপা শাংলেন শাংপা। (অসি শোল্লগা চাইথোক্কনি)

"পোৎ পুন্নমক লাইরোন্না শেং দোক্লগা মপুদা কংপা অঙাংগী পুন্সিরোল নিবা"।

**লাইরোন্দি**— ঙসি ... থাগী ...... পানবা। কোনবা ........ ঙুমিত্তা তেংবানবা মপু অপোকপা ইবুংঙো নংগী থৌসিন মতুং ইন্দুনা ...... য়েক্কী ...... শাগৈগী মমিং ....... কোবা/কৌবীগী মপারি/মমোম অমা পোকচরে। ঙসি কোয়ৌ ঙুমিত্তা তরুক্কি শুবগী ইপান ঙুমিংনি। নচা ননাই তোল্লবা মমিং ...... কৌবা/কৌবীনা তেংবানবা মপু ইবুংঙোগী মফমদা অমস্তুং মৈ-ঈশিং ঙুংশিং— লৈপাক অতিংঙা (৫) ঙুমিৎ থা-থবান্সিচাক অবাং কৌব্রু-মার্জিং-বাংব্রেন থাংজিং-মঙাং-লুবাং খুমন পূন্নমক্কী মফমদা ননাইনা হৈরম-লৈরম কবোক অথুম অহাওনচিংবা পুন্নমক কচ্ছত্নুনা থৌনিজরি। লাইনিংথৌ অপোকপা ইবুংঙোনা থৌজানবিত্নুনা অঙাং নিপা/নুপী অসিগী পুন্সি ঙুংশাং পীনবিউ অফ ঙুংঙাই পীনবিউ মিংফাও ম্যিংচৎ ওয়হনবিউ লৌশিং মৈরা চাওহনবিউ ননাইনা থুবাং তরা কোন্দুনা পুক্লিং লৈরাংজত্নুনা পুনেমজরি।

(ঈরাৎফুদা ঈশিং-লৈ-চেং কৎকনি)।

অঙাংগী মপা মমানা তেংবানবা মপুদা থৌনিজবা।

**থৌনিরোন্দি** — ঙসি য়াইফনোং অস্সিদা পলেম মমা পোকমাবীনা মপারি মনোংয়াই লাংলেন কোংয়াং বাবিহনববু কৈরা তান্দা থোং শয়াং তোনগা নান শিননৌ কুমরিাংঙীং থজাই খুদাং চপ্পা খোইয়ুম একত্রে নোদমস্থা নখোংথাদা থৌনিজরি। ঙুংঙাই মরাংকাইনা তরা অচা ব ত্তা চয়ৈ অইন তমদা

কাওবী শনলোই তয়ুম নাইশিনলোইনা পাংহনবিও ও। য়াংলৌ লম্মথাংদা লাংক্ষম মতাং অতেনবদা নোংমনহনবিগনো পলেম পীখোইরেন য়োনা পুন্সি মুংশাংহনবিও তোলোই মহৈ য়ানবা লন কুবিরম্মু। ঈরাংফু লাইঙ্গ ইমাইচোন তাওজিং নানৌথেং লোই মোম ফৌ ময়োম থা চেং-লৈ-শু য়াও মেক্রুক মৈখু চাওনা থা, তাওজিং হৈরুক শেম চেংলুক লুকমাই চোন পোংলোই মশাংমু কান্বী মৈরা থান্না পন্থৌ মপানা পলেম মমানা ঙাইখম্লিয়ে (ঈরাংফুদা ঈশিং-লৈ-চেং হাপকনি) অঙাং পুথোকনি অঙাং অতু তাইরেন পোংফাই লাংথৈনা ঈশিং লুপ্পগা লাইরোন শোন্দুনা চাইথোকনি। (চা-চন্দোন) উগী মনম মুংশিবনা অঙাংগী লাই-পঙ্গা থিনবিগনি মখুঙ্গা লংজা (৭) কিগনি। পুন্সিরোনগী শেল থাদনি, তেন কাপকনি।

## অঙাং পুশিনখ্রগা লাইরেম্বীদা মপা মমানা পুনেমজগনি।

লাইরোন্দি — হুঁ লাইরেম্বী সিদবী ইমা ইবেম্মা নংগী নমিংদি তেংবানবা পুম্নমকসি নংগী নয়াইনি হায়দুনা হী-পুবী-য়াই পুবী তরংদা মৈহৌবী লল্লিদা খোশাবী হায়না কৌই। ঙা-লৈমম্মু নহাক্লি চেং-লৈমম্মু নহাক্লি। ননাই অঙাং অসিগীদমক চাককুবীমু লন কুবিয় পুন্সি মুংশাং পীনবিয়ু হায়দুনা পন্থৌ মপানা পলেম মমানা থৌনিজদুনা পুনেমজরি।

(ঈরাংফুদা ঈশিং-লৈ-চেং হাপকনি)

## তেংবানবা মপুদা পুক্লিং পুন্নমক অমতা ওইদুনা চংজা-নোঞ্জদুনা পুনেমজবা।

নোঙ্খোং কোইবা অওম্বা তরং হিরেন হোল্লিবা ইপাকথক্তা পুরেনবা ইথৈ ইহল মরেংবা চংনিংবতা চংপনি য়ৌনিংবতা য়ৌবনি লাইনিংথৌ। শক্তিক মশৌ লাংহনবিগনু থবা ময়াই চাইহনবিগনু।

ইবুংঙোদি মপুথৌ অপোকপদি লাইনিংথৌ থুবাক লাইথন শাজরি থুরমদুনা নিজরি। তেংবানবা হৌঙৈদা তাইবং মালং ওইঙৈদা ইবুংঙোনি থংনখি তেংবানবনা শোন্নখি। হৌভম শাংফম ওইরিবা লোইফম লোক্ষম লেপ্লিবা য়াংবী জৌশিং ওইহনবীয়ু পাঙ্গল ইচিক হুনহনবীয়ু। নহ দগী হুনবনি নয়োন্দগী শাংপনি লৈরাং লৈশক থংজগে য়াইবী মনম তিঞ্জগে লাইনিংথৌ ননাইনা পুনেমজরি।

(মতাং অসিদা ইপান থাবগী লোইরে)

# য়মশেংবা

## ওশুবা থৌরম

**অঙাং অহু পোকপদগী নুমিৎ তরানি শুবদা**
**য়ুমশেংবা নুমিৎ থাদা পুনেমজবা॥**

**তৌগদবা থৌরম**- মাঙোন দারি মপান্দা বাই তৈথোক্লগা মথাদা ফৌ থরা থম্বা ইরাংফু অমা, হৈনৌ মনা (৩) পুম্লগা খিনবা ইরাংফু মম্নুংদা লফোই অমা, কা, উহৈ মরু-মনা অমা, শেল অমা তাম্লা। ইরাংফু মমাংদা হৈরুক লাকোই উহৈ লাকোই অমা থাবা। তাইরেন পোংফাই, লাংথৈ, চেং, লৈ য়াওবা তেঙোং অমদা শঙোম অনৌবা থরা চুহি থরা লফোই অমা থোক্লগা তেঙোত্তা থাদবা, মেক্রুক মৈরা থাবা পোংলম পুম্নমক শুনা য়াওরগা। মুংজেং ঈকোক তুরেম্নচিংবা, মৈ-ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক-অতিংঙা মাইগৈ ঙাকপা লাই অরাং কৌব্রু-চিংথৈ মার্জি-থা-না চাওবা বাংব্রেন ইপুধৌ থাংজিং লাই পুম্নমক লোইনা কৌরগা লাইয়ামগী মমাংদা অঙাং অহু মমানা পম্নম্লগা তাইরেন পোংফাই লাংথৈ মতোম্না ঈরু ঈশিংদা লুপ্লগা অঙাংগী মমাগা লাইরোন শোন্দুনা চাইথোকনি। শঙোম অহু কোরৌহনবা নুমিত্তা কংকনি মালেম ইমাদা হৈহুনা কংকনি। অহুগা অঙাংগী ময়াদা থরা তাহনগনি। লফোই অহুনা থরা লৌরগা অঙাং অহুগী লৌরায়দা থোম্মীয়।

কোরৌহনবা হুমিত্তা কংকয়বা লাইরেম্বিদ—মঙাং-লুবাং-খুমন ইপুথৌ ৩ গী মতিক ময়াইবু চংডবা কোরৌহনবা য়োইময়াই তাওদনবা মৈত্রেং অয়াবা ইবুংঙো নংগী নপেক মঙামা অঙাং অসিগী কয়াং ১০ দা চংবিহনা থরাই মপুং ফাহন্দুনা পুক্নিং রাথল লৌশিং পুম্নমকপু অফবা লম্বীদা লমজিংহনা পুন্সি মুংশাং পীনবিয়ু হায়হনা পুনেমজবা।

( মসিদা য়ুমশেংবগী থৌরম লোইরে )।



# অঙাং চউম্না

## ৪ শুবা খোরম

## অঙাং চউমবগী খোরম

তেংবানবা মপু সিদবনা তাইবংগী হিংননবা চিঙ্গাক ফৌগী মথল য়েনশাংগী মথল ঙাগী মথল কয়ামরুম শেম্বীরম্মী। পোইরৈ খুন্থোকপদা খুমন-মঙাং লুৱাং-অঙোম-মোইরাং-খাবা-ঙানবা ইপুংথৌ ৭ মক্না চংলকপা লিচৎ লাইনিং খোরম। অঙাং অতু থা ৩ দা ওইরবস্থু থা ৬ তা ওইরবস্থু থা ৮ ওইরবস্থু তেংবানবা মপুনা পীনরকপা চিঙ্গাক কপ্রুদা কংলগা চাবা তম্বীবা। অঙাং অতুগী পক্লবা অকবা মুমিৎ অমদা ইমুং ৱাইরম শেংদোল্লগা, মীতৈ ঙামু অচংবা ৩ মনা-মশীং চেং-থুম মোরোক, মফি ময়াল-মকোন মরিক লোইনা তম্বীরগা য়ুমগী লাইনিংথৌদা-লৈমেন্র লাইনিংথৌগী মিংথৈরেন শোন্দুনা লাইনিংথৌ লৈমেন্রদা কংকনি।

## লৈমরেনগী মিংথৈরেন

হিং নিং নিং নিং। ইমারেন্দি সিদবী তাইবং মালং শল্লিবী সন্না কম্বাল ওই-ওইবী সন্নাঙ্গিং চৌংদোন ঙাল্লিবী। তাইবং য়েনবু হুল্লিবী মালেম লমজাও ওইরিবী। (ইমারেন)

য়ুমদা লৈবী য়ুম্লৈমা সিলদা তোংলে সিল্লৈমা লৌশিং মৈরা ওইবীনি মঙ্গুং মপাল উবীনি। ঈশিং থক্তা লৈরিবী ইরাই লৈমা কৌরিবী। ঈসাইফুদা লৈরিবী ইমারেনবু কৌরিবী। (ইমারেন)

লমক্তবু লৈরগা সনা মিংয়েং তারগা কমৈবু হায়রিবী মচা মনাই যোক্লিবী মহৈ মরোং ওইরিবী কৌওইবীনি হায়রিবী। (ইমারেন) ফম্বাল ওই ওইনরগা মপ্নাক্তা ঙাল্লগা লৈত্রেনবু কৌগনি সিদবীনি থংগনি তাইবংপানগী মথানি শীনথুংনা লৈবনি। (ইমারেন)

ঈশিং তরং চাওবীনি মুংশিং তরং থোম্বীনি অতিংঙাদা শীংলিবীনি মৈতোন্দদি থৌশাবী মালেম কৈগী ময়োম্নি য়েম্নৌ হুম্বী য়াইফবীনি। (ইমারেন) শঙ্গাইমুংগী থাউমৈনি মৈরা মঙাল ফবীনি য়েকপু ৭ কোল্লিবী শল্লাই ৭ ঙাক্লিবী পুমমকী মমানি মবেনথৌবু ওইবনি। (ইমারেন)

..... য়েকপু থৌরিবী থোইদৌ চুক্লি ওইরিবী...... পোকপী ইমারেন তাইবংগীদি য়াইজরেন ...... মমা ওইরিবী মচা মনাই য়োক্লিবী। (ইমারেন)

নচা ওইবা ননাইদি মমিং——কৌবনি চাদা নাওতা ওইবনি শল্লাই য়েকপু ওইবনি থৌনিজবা মতিক্লি ইরাঙ্চবা মথৌনি। (ইমারেন)

ঙসি কোরৌ মুমিত্তা য়াইফ মতাংদা হৈরম ৭ কচচরি লৈরম ৭ থেংচরি থুবাং তরা লোন্দুনা পুনেমজরি ননাইনা অক মুংঙাই পীনবীয় য়াইফ লৈপুন চাইথবীয়। (ইমারেন)

হৈজদবা মরম্না থংজদবা ননাইনা চরৈ ফি থোঙ্গখিদে কুমজা ঈরাং তৌখিদে চরৈ ফিবু থোঙ্গরি কুমজা ঈরাং তৌজরি অয়োন অরান ঙাকপীও লংজখিবিক ঙাকপীরো। (ইমারেন)

হৈজদবা ননাইনি থংজদবা নচানি। থংজদবনা মপুংনি

লংজবগী মশক্কি। য়াইবী হংশৌ ল্যাংবিস্নু কাম্বী মৈশা কাংবিম্বু থুবাং
ঙৈজে ইমারেলবু খুরুমজৈ হিং কুক-কুক কুক। (ইমারেন)

## লাইনিংথৌগী মিংথৈরেল

## হা হুং হৈ য়াহে হৈ য়াহে হা হুং

ইবুংঙোদি লাইনিংথৌ য়াইবী কোনগী মপু থৌ কয়াং কাংলেন শাথৌবা লৈরক কোনশাং শীল্লিব য়েকনা সরোই লাম্লোইবা খোংবান মুংদা লানাবা। (লাইনিংথৌ) নোংদোন থক্কা পম্ম ওইবা সম্মজিংনা নাওকোনবা ইপু ম্নোইনি খওজগে ভাওহৈরোনি হায়জগে অরাপ্পনা উদবা অনকপনা লৈতবা চাওবা পীকপা ননিংনি শীন্না থুংনা লৈবনি। (লাইনিংথৌ) মৈ তরং, ঈশিং তরং, অতিংঙা তরং, মুংশিং তরং, মালেম লৈদা খোশাবা য়েক্না শরোই লালওইবা তোপ্পা লৈবা তোঙানবা তিন্না লৈবা অতিনবা তাইবং মুংদা লৈবনি থৌবাই হায়না কৌবনি। (লাইনিংথৌ) তমজাও কাংলেল শাথৌবা য়েন্নৌ চুক্লি পায়রিবা চৈবী নৌরেন হোম্লিবা য়াংজা শগোল থৌরিবা শজিক থাবা ওইরিবা অমম অঙাল্ল থাইরিবা হুংনা নিংনা নবোংনি তাইবং লৌশিং মৈরানি। (লাইনিংথৌ) লৈপাক মাইবা খুরাই তাংবা নিংথৌ মাইবা চিরাই তাংবা খুবাং তরা লোন্দনা পুক্লিং লৈরাংজদনা ননাইনবু খুরুমজৈ থম্মোইকোন্দা পুশিনজৈ। (লাইনিংথৌ)

কোনসেং সম্না পিপারেল সম্না মহি ঙোবরেল ফুহিং সম্না লাইজরেল সম্মজিং ফম্বাল মহিরেল সন্দোংগীদি মরিবা ফুঙ্গাগীদি লাইরুনি। (লাইনিংথৌ)

খোংজিন্নবু লৈবনি খোঙারেলবু কৌবনি লাইজুম তাকম তারনি তরং নোংদোন ফাওবনি সন্দংথদো খোশাবা কৈদা লৈবা কৈরুংবা লৌদা লৈরে লৌরুংবা লম্কুদি লম্মাবা লমশেনববু ওইবনি। (লাইনিংথৌ) নোংখোং কোইবা অঙম্বা তরং হিরেল হোল্লিবা য়ৌনিংবদা য়ৌবনি চৎনিংবদা চৎপনি। (লাইনিংথৌ) থংজদবা নচানি লংজা চাওবা ননাইনি ... ... য়েক্কী সন্নাইনি মমিং ...... কৌবনি ... ... শাগে ওইবনি নাবাতবু ওইবনি থৌনিজবা মতিক্কি ইরাচ্চবা মথৌনি (লাইনিংথৌ)।

ঙসি কোরৌ সুমিত্তা য়াইফা সুংঙাই মতাংদা হৈরম তরেং কচ্চরি লৈরম তরেং থেঙ্গরি চরৈ ফিবু থোঙ্গরি কুমজা ইরাং তৌজরি। (লাইনিংথৌ)

য়োল্লবা কাদা ঙাকপিয়ো লাল্লবা কাদা কনবিয়ো অয়োল অরাল ঙাকপিয়ো লংজ খিবিক কোকপিয়ো য়াইবী ইশৌ লাংবী-গমু কাম্বী মৈশা কাংবিগমু অফ-সুংঙাই পীনবীয়ু য়াইক লৈবুল চাইথবীয়ু। (লাইনিংথৌ)

নিজরিবা পীনবীয়ু য়েক্কা খিবিক ঙমজগে লাইথুং লাইনা কোক-চগে মিংফাও মিংচৎ ওইজগে পুন্সি তোল্লোয় ফংজগে নতেফমদা তেবীয়ো নহলফমদা হলবীয়ো। (লাইনিংথৌ)

## অপোকপগী তুংনফম

হা হুং হা য়েং তেংবানবগী মবুংঙো য়াইক থৌইবা ইবুংঙো ইবুংঙোনা মরুন্নি ইবুংঙোনা লোম্বনি। ইবুংঙোনা লিকলুম্নি ইবুং-ঙোনা থৌবাইনি থবাই হায়না ক্লৌজগে লাইনিংথৌনি ছায়জগে। ইবুংঙোগী পুক্কিংনা থৌরমতবু ওইরনা তেংবানবদি ওইথরে তেংনা লোয় পানথরে। অত্তিংঙা তরং ওইথরে মুংশিং নিংথৌ শিংথরে।

মৈ ঈশিং চোংথোক্লে মালেম লৈশা থোরক্লে। ইবুংঙোগী থৌরম্না তাইবং মওং ওইদনা য়েংকী লম্বী থারক্লে সোরারেনবু কাওরক্লে য়েংকী লম্বী থীংলগা ওইগী লম্বী থারগা লৈমরেনবু কাওরক্লে তুংইন মরুপ ইরক্লে ।।

কোরৌ লাইনচিংবা অতিংঙাগী অপনবা মথং মথং ওইথরে তেংবানবদা শীনথরে ইবুংঙোগী মুংদগী ছুম্মাং মরীক কোন্দগী সরোঙ্গী মরুপ পোকখরে অচং চত্তা থোকখরে ।।

সোরারেনগী মরুপ্না কৌক্রুখক্তা কাদনা সনজিংগী মতোন্দা য়াইফখিবিক মতাংদা সোরারেন্না চিংদনা লাইগী মরুপ তিন্দনা মুংঙাই থোইনা পানখরে ইপুরোইনা হরাওরে ।

লাইরেম্বীগী মরুপস্তু তুংইন মরুপ খিবিকপু সন্নজিংগী মতোন তানখরে লাইয়ামশিংগা উনরে তুগা ৱাগা পানখরে য়াইফ থোইনা পানখরে সরোই মরুপ পুনখরে কৌক্রু লোক্তা খুন্দারে।

ইপুরোইগী য়াথংনা সোরারেনগী মরুপনা চীংলেন চীংদোন থুগাইরে ঈপাক ঈচাও ফুনখরে লাইরৈবাক্তা মুগুনা লৈপাক অনি য়েংদনা সোরারেন্না পানখরে মুংঙাই মপান শাখরে।

সোরারেনগী শঙ্গায়দা ৱাখলনা ফংবা মতাংদা ইপুরোইনা শায়োল্লে কোনসেং সন্না থোরক্লে লৈমরেন্না পোকখরে মচাগী মতম ওইখরে তুথাবাবু পোকখরে চপ মান্না হৌখরে ।।

কোনসেং সন্না পিবানা মপাবুংগী য়াথংনা তাইবং শেম্বা হৌখরে মথং মথং পুথোক্লে হৈগী লৈগী মরুপ্পু উগী উপাল, খিবিকপু মথং মথং শারক্লে নিংবা খিবিক থুংঙক্লে ।।

তুথাবদি মনাওনা খংহৌদনা লাক্তনা মথংশীংনা থুগাইরে

কুমৈ পাওতাক থুংলরে ফুহিং সম্না পীবানা মপাবুংনা চৎতুনা থোঁদোক খিবিক ৱাকৎলে মরম খিবিক পাওতাক্লে।

মপাবুংদি সোৱারেন লাইয়ামগীদি নিংথৌরেন্ মশাদগী চাংথোক্লে মুক্তা অমা পুথোক্লে পারিতোন্দা। পীনরে তুথাববু হরাওরে য়েথাই থিংগাই লৈতরে কোনসেং নৌংবা থুংখরে মথং মথং শাজরে মপাবুংদা কৎখরে। মপাবুংনা য়াইফরে হায়দুনা মফম মফমদা থাখরে নমু তাইবং শাদনা তাইবং শনপে নিংদনা সোৱারেননা হায়রকই পিবারেন্দা য়েংঙকই।

তাইবং শেম্নো পারিহন ইপাগী সনাহল য়াথং মতুং ইন্দুনা পুক্লিং ৱারেপ লেপতনা মওং অমা পুথোক্লে মপাবুংদা কৎসিল্লে মপাবুংবু য়েংঙকই মওং চুমদে হায়রকই।।

মথৱাইবু হাপ্তনা মচিঞ্জাকপু পীদনা ইমুংবুংদা থাদোক্লে হংঙোই হায়না থোনখ্রে। অমা অমুক শাখ্রে মপাবুংদা কৎখ্রে মওং চুমত্রি হায়রক্লে সিদ য়াথং তৌবক্লে।।

মথৱাইবু হাপ্তনা ঙামু হায়না কৌদনা ঈপাকমুংদা থাদোক্লে তাইবং মচিঞ্জাক ওইহল্লে। অমা অমুক শাখ্রে মপাবুংদা কৎখ্রে তাইবং মওং ওইদ্রে মথৱাইদি হাপ্পীরে উমং মুংদা থাখ্রে চোংনা চোংনা চাক্তারে য়োংচোং হায়না থোনবিরে লাইয়ামশিংনা থংনরে কোনসেং লৌশিং চমদ্রে মপাবুংদা হায়দোক্লে কোনসেং থৌৱাই ৱাখ্রে মপাবুংবু য়েংদ্রে।।

সোৱারেন্দি সিদবা পিবারেনবু কৌরকই ঐগী "মিৱ" য়েংদনা

মীবু শারো হায়রকই মপাবংগী মমিবু পিবারেননা য়েংখরে তাইবং মীগী মওংবু ফজথোইনা শাখরে ।।

"মমি" ফিদম লৌদনা তাইবং মীবু ওইখরে লাইগী চাকোক পুম্নমক তাইবং মশীং চমখরে তুথাবগী শলাইদা মচা তরেৎ থোকখরে। ময়েক তরেৎ হায়দনা তাইবং মীনা খংনরে।

য়েকী মতুং ইন্দুনা শাগৈ শলাই শনখরে তাইবং মীগী মরূপপু মথং মথং ওইখরে মহাকী মহাকী পোকপা তাইবং মীনা নিংনরে তেংবানবগী মপুনা থোইনা হেন্না পেনখরে ।।

য়েকপু পোকপা ইবুংঙো ননাইনবু খুরুমজে শাগৈ পোকপা ইবুংঙো ননাইনা খুরুমজে, ননাই ...... শাগৈনি ...... য়েকপু ওইবনি মমিং ...... কৌবনি নচা ননাই ওইবনি ।।

থৌনিজবা মতিকনি ঈরাৎচবা মথৌনি নচা ননাই ওইবনা খুরুমজবা মথৌনি শাগৈ পোকপা ইবুংঙো ননাইবুদি থৌজালবিয়ু থৌজাল মীৎয়েং তাদনা ননাইবুদি কোনবিয়ু ।।

খংজদবা ননাইনি, লংজা চাওবা ননাইনি অয়োন অন্নান মতমদা ননাইবুদি কনবিনি অয়োন অন্নান লৌবীদু নিংজন্নিবা থুংহনবিয়ু নচা ননাই খিবিক্তা য়াইফ খিবিক পীনবিয়ু ।।

ওসিদগী হৌদুনা অফ মুংঙাই ওইজগে লাইথুং লাইনা কোক্তনা মরী মতাং শেংজগে মাংজোননা কেমজরোই লৈনম য়াংনা চঞ্জরোই পৃন্সি তোলোই ওইজগে থোইরেম মাংদা থাজরোই ।।

পৃন্সি তোলোই য়াইফবা মিংকাও মিংচৎ অথোইবা ইচা ইগু কংজগে য়াইফ থোয়না লৈজগে থাংতপনা তেকচরোই লমথাংদা

মাংজরোই লম্মাংননা মাংদনা সোরি সরা ওইজরোই ।।

য়েক্লা মখা পোঙ্জরোই অমম্বদা লৈজরোই চীংথক্তগী তাজরোই লোকচপ্তবু মাংজরোই ইবুংঙোনা ফৌমীনি ইবুংঙোনা শেলমিংনি কৈক্লংববু নহাক্লি শেল্লুংববু নহাক্লি ।

কৈবু শেলবু চাওহলবিয়্ব পাঙ্গল লৌশিং পীনবিয়ু থৌজাল মিৎয়েং তাদনা য়াইফ লৈবুন চাইথবিয়ু। লম্মাববু নহাক্লি তুমাববু নহাক্লি লৌক্লংববু নহাকনি ফৌক্লংববু নহাকনি। লৌরি-ঈখোল সন্দনা লম্মিং তুমিং চাওহনবিয়ু পুকৈ লনকৈ চাওদনা শেলকৈ থুমকে চাওহনবিয়ু। ইশল ইওক য়ামহনবিয়্ব শাগৈ শলাই চাও-হনবিয়ু তুশীংননা পাঙ্গগে য়াইফ মিৎয়েং য়েংথবিয়ু ।। পাওলেল খোম্বা অখোইবা পাওলেল তাকপা নিংখিবা ইপুরোইনা লেংবিয়ু তাওহৈরোইনা তাওবিয়ু লৈপাক মাইবা খুরাই তাংবা নিংথৌ মাইবা চিরাই তাংবা নতেফমদা তেসনবিয়ু নহলফমদা হঞ্জনবিয়ু।

হুঁ কুক-কুক-কুক ।

# অঙাং চউম্নবগী থৌরম ।

লাইনিংথৌরা হংপা প্রোং পুম্নমক লোংবদা ম্যালেম মুন্সীরা ওইরবস্নু উম্নেন অথোইবগী মথোংদা পুইরবস্নু লাই তেংবানবগ তেংবানবা মপুগী কম্যাল অমা থাবা কম্যালগী মমাংদা হৈরুক লাকোই অমা উহৈ মনা মশিং লাক্লোই অমা থাবা কৌ খরা থুম্না কৌগী মথক্তা ঈরাংফু অমা থিনবা ংফু মমুংদা উহৈ মকু-মুনা অমা লফোই অমা শেল অমা হাপ্পা ঈরাংফু মম্যাংদা হৈরুক লাকোই অমা উহৈ লাক্লোই অমা থাবা চেং হৈ তৃাইরেন পোংফাই লাংথৈ মৈরা মেক্রুক থাবা মুংজেং ঈকোন্ন ফুরেন অচৌবনচিংবা, মৈ-ঈশিং-মুংশিং-লৈপাক্ক-অতিংঙা মায়গৈ চাবপা লাই অবাং কৌক্রু-মার্জিং-বাংব্রেন-থাংজিং লাইয়াম পুম্নমক ঈরাং থৌরম্না কৌরগা তেংবানবা মপগী মমাংদা পথম তেংলোং পুম্নাই চাক চাহুম ৬ য়েম্ফাং ঈশিং হাপ্তুনা থম্বা অঙাংত্থু নিপা ওইরগা ফৈজোম শেংপা কোয়েং য়েংপা (চা চন্দ্যনু) উগী মনম মুংশিবনা অঙাংগী লাইবক্তা থিনবিবা মুপী ওইরগা ফনেক শেংপা উগী মনম মুংশিবনা অঙাংগী লাইবক্তা থিনবা। অঙাংগী মপানা ওইরবস্নু অথংবা নিপানা ওইরবস্নু লাইরোন শোনবা মমানা অঙাং অত্থু পম্নগা চাক চাথোম ৬ লক অঙাংগী ময়াদা মম'না ইনবিবা।

লাইরোন্দি— ছু৺ অতিংঙা শিদবা নহাক্না থাদা চংগ্রে থাগী থৌবানমীচাক্তা পীরে থৌবানমিচাক্তগী থোংজোমমুবীদা

চেম্থহল্লে। খোংজোমম্বুবীনা ওবপুরোইদা চেম্থহল্লে ওবপুরোইনা তাওহুইবেংদ লেংথহল্লে। তাওহুইরেংনা মমাসিম্না তাকনবীদা তাকথহল্লে মমাসিনা তাকবীনা লাংয়েন মনা মেম্প য়েম্থহল্লে মহাক্না শজিক্তা শিম্থহল্লে শজিক্না থাবাদা পাথহল্লে, থাবানা চিথেদা লৈথহনল্লে চিথেনা লৈনা হুম্বরক্লে, চিথেনা লিক্না ওইহনা লাইশংগী মথুংদা লৈবা অয়েম্বা কৌবা লাই অহুগী পাওবু পুহনা লাক্লে থেমজিংগী মথাদা বাইথুংলয়ে নমিংদি তয়ং শঙম তরিংসং কৌঞ, থচুংদগী নমিং ১ ওইরে থম্বী চৌংশোম্বা কৌরে। হে থাম্বী চৌংশোম্বা নংনা নবা অঙো অনিমকী খোইজিম্বুংদা হতোই তাংশাং ওইনা নথা ফক্না য়াবীও। য়োইমোংবা নহাকম্থ তাওথিংমাংদা মাংবীও হরিহুম্বা, হয়া হুম্বগা, লৈপুহম্বগা, কোয়েৌ নোংগা মালেম্ লৈগা, লৈতুনগে হে ইমা ইবেম্মা, নাকথৈলেমা পাওদোইবী কুম্নেপ লৈমা লুচিওবী। চায়ৌ লুবপ্রু মতাইজগে লাঙকুপা ইচিক্ থুমক্তু মতাইজগে য়ুক্লোম্বা থম্বুরো মক পামা, য়াজরো নচা মোইরাম্বী পোবীগে তেতু হৈবোং মশা অমতা থাদরকউ, নথীরক্লো তারে নয়ুংলক্লা তারে থবাইু কনানবু য়ারসিবনো চারসিবনো হে ইমা ইবেম্মা, হোইরৌ হয়া-য়া-হয়া হা অচৌবা কোরৌ চৌংশোম্বী কাইরে মচেংক্লাক য়েন অচৌবনা কে কে কে হায়না চীংখোং য়াকাইরক্লে মমোম লৈমা কবোকক্সুংদা শংলো পনখোক য়েঙামচানবু য়েঙাং চক্লা ফুম্না পুকসুং বাম্তোন তম্বীরগা নপন অচৌবা চম্বুনা মম-মম কুক-কুক হায়না ১০ থুংপুম চেথোম পীহল্লে লাইজ চিনথুং ইলহল্লে। লাইমিংদি হুঁ হা-হা-হুঁ-হা নিং-নিং-নিং হে নবা অঙোনংবু থায়গে তংও ও নম্বারোং মহীক্লেন

অরুববু নপান্না শীন্নথৈংগী ব্রাদি নপান্না শন্নজীংগী নয়োন্দা পুরে কৌব্রুনা কোনবিরে। কৌব্রু কৌবদি কোকনে, চিথৈ কৌবদি সন্নজীংনে, সনামহীন্য থোংশংগে সনামহীনা পুবদি নাওথি থোংবু পুইএ, নাওথিংথোং কৌবদি থোইরিবা মকোই। লৈমরেন কৌবনি ছিংবু মকৌই, কোলোই নমিংথোনবু অঙাং কৌএ। মহাক্না লোই-দাম থা ৩ পুরগা পন্থৌ মপাদা শিন্নরে। পন্থৌ মপানা থা অনি পুরগা পলেম মমাদা অমুক শিন্নরে। শন্নজীংগী থা থংবদা পুরে। নাওয়োম্না য়োমশিনখ্রে, নাওয়োম কৌবদি অপোকপনে হু৺ কৌবদি মপুনে, হিং কৌবদি লৈমরেম্নে লিহিং লিহিং ওইগী লুপা-দি লিক্রানে য়েংকী সনাদি মুমিংনে লোইদাম থাবুম ১০ নি মুমিং শীংবুম ৩৬৪ নি, ঈথাই ইলেম্নগা নংগী নমিংথোনবু অঙাং কৌরে। অঙাং নংবু তাইবংপানবু থোরক্লে মালংপানবু ফাওরক্লে কোরৌ মুমিং ৫ নিবু কাম্বী মৈনিং কুম্নে। তরুক্লি শুরগা ঈগী মপান থারে লোইদাম থাবুম ৫ না মুপীগী লোইদাম থাবুম ৩ না নিপাগী থাশিং অসি শুরগা অশাইগী শংলৌ লুকোই মথেন শেম্না তরা চাহল্লে। হে অঙাংও চথোম লুরোই অমদি থরাই মিকৌ থাকৌ ফানা চাক্লে নিং নিং কৌএ চথোম লুরোই ৫ শুবদি পলেম নমা ঈথাংচাক্লে হিং-হিং কৌএ চথোম লুরোই ৫ শুবদি তাইবং মপুগী পাওতাক য়াইফ ৬ মক্কী মিংচৎ চাক্লে। হু সিদবা মকোই। লোইদাম থাবুম ৩ শুরগা অঙাং অঙ্গো মকৌই থাথোং লাইথোং মরোংথোং ৩ মক্কী মথক্তা থিবোংবীনা লৈএ। থিবোংবী মম্মুংদা তাওরোই নাইনা লৈই হে হয়ুম সিদবা, নংসু লেবীগম্ব কোলোই নমিংথোনবু হু৺ কৌএ। নিং-নিং-নিং-হে ইম্না য়াওবৈমা। অঙাংগী লৈয়েং

মতে'ন্দা ফম্বীও মহাক্না অঙাংগী লৈয়েং অসি খৎপিরকউ নিং-নিং-হুং হিং কৌবী হে ইমা ইবেম্মা। অঙাংগী থব্াক ঙানফমদা ফম্লিবী নহাক্না নৱা অঙ্গোগী থৱাই ৫ মকপু শৌগৎপিরকও, থৱাই ৫ মকপু কুবিও হে পলেম ইমা ইবেম্মা। লাকয়েন থৱাই ৫ মকপু লাক্লে মি ৬ মকম্থু কুম্লক্লে। থাজিন লকা মালেম চাংবী পাঙ্গা ফম্লিবী ইমা লৈম্রেন সিদবী। কোলোই নমিংথোনবু হিং-হিং-হুঁ নিং হৌবী থৱাই মনৌ ঙাংপোক থেন্দা নপন সিদবগী সন্না মখোং খাদা ৱাইথুংবীরো। নপন সিদবনা লাও লাও কৌহনবীহুনা নপারী অঙ্গো অনিগী কোলোই নমিংথোনবু হুঁ চিরিকলেন চিরিক হুঁ-হুঁ কৌনা তাইবং শেম্বা মপুনা খমজিংকোন্দা শিন্নবীয়ু। নপারি নৱা অঙ্গো ২ মকপু মরম লম্লেন মদাইমক থেঙ্গ্ু লাবা মচিংজিনবু অমুক হন্না লৈম্রেন তাওথিঙ্গোক্দা নৱা অঙ্গোবু ফুরেপ লৈমা লুগাওবীদা শিন্নবিয়ু। পলেম মমানা লাও লাও পারীও নংবু হায়হুনা চরৈ ময়ীন ফিনা কোনহলবিয়ু। হে অঙাং নংবু নপা ঐনা হায়গে তাইবং মালং পানবু হুলাম ফরোইয়ে ননা চেৎফরোই লম্লেন মদাইমকপূ থৱাই নয়ুম্লেনবু থিরেন নকাইফম্থু লেংগমু খুজিলোক্তা হম্বরো। পলেম নমা লৈম্রেন সিদবীবু খুজিলোক্তা লৈবহু বাইথুংলরো। পলেম নমা নাকথলৈমা পাওদোইবীগী মপাওনে। সে সে পারী নৱা অঙ্গো নথৱাই নমিরেনবু তাইবং মালং পান্দা চামিন্নখিসে। থৱাই লিকারে মিরেন লিথুরে। হা খোইদোং যন সেনবা নহাক্কী লাংবা নযন ঙাংবদি লৈমা লোক্তা চংশ্রে লোক্লে লোক্তা চাক্তারে কোঙ্গোই লাংবু লাংথুরগে।

হা খোইদোং যন শেনবা লাংবা থৌম্বিতংকরোই। হা-নব্রা অঙ্গো নংবু পলেম নমানা মি–মি কুক-কুক-কুক হায়না থব্রাইমিবু ফাব্রগে। খোইদোদা লৈরিবী ফুরেপ লৈমা লুচাওবী নংস্থ নপারী নব্রা অঙ্গোবু পাওমেনবিয়ু হা হুঁ হা-হুঁ সিদবদা পুল্লুরে। হুঁ-হিং-নপ-হু৺-হু৺ লাইনিংথৌ সন্নামহী থৌজাম্নে।

# অঙাং নাহুৎপা

## ৫ শুবা থৌরম

## 'অঙাং নাহুৎপগী থৌরম"

অঙাং অহু পোকপদগী চহি ২ দগী ৩ চংঙকপদা ওইরবস্থ, চহি ৫ দগী ৬ চংঙকপদা ওইরবস্থ ইপা ইপুনা চংলকপা পথাপ মতুংইন্না অঙাংগী পক্লবা অফবা মুমিং অমদা। মপা মমানা অথং অহে লাইনিং অহল কৌজহুনা অঙাংগী নাহুৎহুনা লিচৎ শাজৎ লাইগী মিংথৈ তম্বীবা হোবা।

## " তৌজগদবা থৌরম "

উরেন অথোইবগী মখোংদা ( তুলশিবোং ) ওইরবস্থ য়ুম অহুগী মফম চাবা অমদা ওইরবস্থ, ৱাই তৈথোক্লগা তেংবানবা মপুগী ফম্বাল অমা থাবা। ফম্বালগী মমাংদা য়াম খরা চাইবা য়ামগী মথক্তা ফৌ খরা থম্বা ফৌগী মথকতা ঈরাৎফু অমা থিনবা ঈরাৎফু-মনুংদা লফোই ২, কা. উহৈ মরু-মনা ১, শেল ১. হাপ্লা হৈরুক লাকোই ৬ উহৈ লাকোই ৬, শেল ৬ কৎপা। ঈরাৎফু মখোংদা তেঞ্জৈ ৪ য়ুংবা লংজা ৭ না কোইবা চুক ৪ য়ুংহুনা তেংবাম্বা মপুগী মথক্তা অঙৌবা ফিজং থনগনি। চুক ৪ গী মখোংদা ঈরাৎফু মচা ৪ থিনগনি, মুপী মচা ৩ না ইরম তরেৎকী ঈশিং শোকনবা চফু ৩ অসি য়াওগনি। কম্বী অমদা চেং খরা লফোই লফাং চং

থোকপা অমা উহৈ মরু মনা অমা য়ুবী অমা লুকমাই অমদা মনামশিংনা অথেনপোৎ শেম্বা। অঙাং অদু মশম কোক্কনি। অঙাংগী মশম অদু খজিক্কুং লৌরগা মৈদা কৎকনি, অয়াম্বনা লৈমুংদা ফুমগনি। শম কোকপা লোইরগা অঙাংগী মথক্তা ফিজং খল্লগা মুপীমচা (৩) না ইরম তরেৎকী ঈশিং অদু অঙাংগী মথক্তা হৈহল্লগনি। ইরু শাদেংবীগনি। ইরুজবা লোইরগা (চা চন্দোন) মনম মুংশিবা উদগী তকলগা অঙাংগী লাইবক্তা থিনবিগনি। নিপা ওইরগা ফৈজোম শেৎপা ফুরিৎ লিৎপা কোয়েৎ য়েৎপা লিক সিবা মুপী ওইরগা ফনেক শেৎপা ফুরিৎ লিৎপা লিক সিবীবা। অঙাংগী মমা অদু ফনেক ময়েক নাইবা সেৎহলবা লাইগী মমাংদা ফক অমা থারগা মমানা অঙাং অদু পমহলবা। অঙাংগী মপানা তাইরেন পোংফাই লাংথেন্না ইরু ঈশিংদা লুপলগা অঙাংদা চাইথোকপিহনা অঙাংগী মশা শেং-দোকপীগনি। অখংবা পীপানা মী শেংনবা পোৎ শেংনবা লাইরোন সোনগনি অঙাং অদু নাহুৎকনি। নাহুৎপা লোইরগা মপানা অঙাং অদু পুরগা মপুগী মিংথৈ শকপা মীয়াম পুম্নমক অঙম্বা শেল কৎতুনা খুরুমহলগনি। মুমিৎ অদুদা মপুগী মিংথৈ শকপা য়াওগনি।

"থৌরম পুম্নমক অসি লাংবা লোইরগা লাইয়ামবু
লাইরোন্না কৌগনি"
ইপুথৌ পাখংবগী নুংজেং ঈশিংবু ইরাৎনা কৌগনি,
পুম্নমক অসি ইরুনি খংগনি"।

হু কোংবা তুরেল, ইরিল তুরেল, তুরেল অচৌবা, নম্বুল তুরেল; চৌঙ্গোই তুরেল; তাকয়েন, লক্ষেস, ইকোক, লোক্তাক, ইঙৌরোক, মুংজেংকোন, পুম্নমক লাইরোম্না কৌজহুনা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি।

## লাইবু লাইরোগ্না শেংগনি।

লাইরোম্না মৈ, ঈশিং, মুংশিৎ লৈপাক, অতিয়া, লাই (৫) বু কৌজরগা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং লৈ হাপকনি।

## মাইগৈ ঙাকপা লাই মরিবু লাইরোননা কৌগনি।

অরাং কৌরু চিংথৈ মাজিং-খানা চাওবা ৱাংব্রেন-নোংচুপ পনথেং ইপুধৌ থাংজিং লাইরোম্না কৌজহুনা ইরাৎফু (৪) দা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি।

লাইয়াম পুম্নমক অসিগী মমাংদা শিং মরম (৭) য়াওনা উচান মচেৎ (৩) না মৈথাং (৩) লৌরগা মৈ-হৌগনি-মৈ-হৌরগা মৈরম (১০) বু লাইরোম্না কৌজরগা মৈদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ কৎকনি।

লাইরোন্দিঃ— (১) হুঁ—মৈশা মুবী কোজিন তুথোকপা। (২) হুঁ—মী মুৎশং। (৩) হুঁ—তরংঙাং। (৪) হুঁ—ঙানতুংছিং। (৫) হুঁ—ঙানঙাং। (৬) হুঁ—শংতরেং। (৭) হু৺—কেমমুবী। (৮) হু৺—মৈহিংশং। (৯) হুঁ—মিৎতরেং। (১০) হু৺—শংমুবী। মৈরম তরা অসি কৌবা লোইবদা ইপুধৌ খুমন-মঙাং-লুৱাং-

অঙোম-মোইরাং-খাবা-ঙানবা ইপুধৌ (৭) অসি কোরৌ থকুগী কুম্নক্লে হায়না নিংগনি।

## তেংবানবা মপ্ুগী মমাংদা ইপুধৌ (৭) মক্কী মমাংদা।

ফক অমা থাব়গা অঙাং অদু মমানা পামবা মপানা মপুদা পোৎলম পূম্নমক কৎপা পী পানা সোনবা। অঙাং অদু তাইরেন পোংফাই লাংথৈনা ইরু ঈশিংদা লুপ্লগা মী অশেংবা পোৎ শেংবা, লাইরোম্না পী-পানা সোল্লগা অঙাংগী মপানা অঙাং অদু চাইথোক্লুনা সেংবীগনি। সেংবা লোইরগা –

## তেংবানবা মপুদা থৌনিজদুনা হায়জবা নোঞ্জবা চংজবা।

ঙসি ..........থাগী............পানবা.......... কোনবা.......

থুমিৎসিদা..........সাগৈগী .. হেক্কী.. ..... কৌবগী............

কৌবীগী মপার্রী/মমোম মমিং...... কৌবা/কৌবী অসি ইপু

ইপানা চংলকপা পথাপ মতুং ইন্না তেংবানবা মপ্ুগী মমাংদা ইবুধৌ (৭) মক্কী মমাংদা নাহুৎচদুনা লিচৎ শাজৎ লাঈনিং লম্বী তম্বীবা হৌজরে। ইপুধৌ (৭ মক্কা অঙাং অসিগী পূক্নিং ৱাখল (৯) মকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবীদুনা তেংবানবা মপ্ুগী থৌগল তৌজবা পুন্সি সুংশাংবা পিনবিরম্মু। ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি। অঙাং অদু নাহুৎকনি। নাহুৎপা লোইরগা মপানা অঙাং অদু পুদুনা মপ্ুগী মীংথৈ শকপা মীয়ামদা অঙম্বা শেন্দ কৎতুনা থুরুমহলগনি। (লোইরে) –

# লাইমিং লোৱা

## ৬ শুবা থৌরম

### অঙাং লংহিং থাংবা লাইমিং লোৱগী থৌরম।

লাইমিং লৌগদবা অঙাং অচু চহি ( ১২ ) চংঙকপা চহি (১৬) চংঙকপা চহি (১৮) চংঙকপা চহি (২০) চংঙকপা অঙাংগী মপানা লাইমিং লৌবিবা, মপানা হৈত্রগা অখংবা পী-পানা লোইনবা। থৌরমদি :— ( তুলাশিবোংদা ) উরেন অথোইবগী মথোংদা ৱাই তৈথোক্লগা তেংবানবা মপুগী ফম্বাল থাবা ফম্বালগী মমাংদা য়াম খরা চাইবা য়ামগী মথক্তা ঈরাংফু ( ১ ) খিনবা ঈরাংফু মখুংদা লফোই (১) উহৈ মরু-মনা (১) হাপ্পা শেল (১) হাপ্পা তেনজৈ (৪) য়ুংবা লংজা (৭) না কোইবা হৈরুক লাকোই (৬) উহৈ লাকোই (৬) শেল (৬) কধী (১) চেং খরা লফোই লফাং চংথোকপা (১) উহৈ মরু-মনা (১) য়ুবী (১) খুদৈ (১) (লুকুল) লংহী উরিক মেক্রুক মৈরা য়াওগনি। পোংলম ময়াম অসি লাংবা লোইরগা -

**"ইপুধৌ পাখংবগী নুংজেং ঈশিংবু ইরাংনা কৌগনি। ইপুধৌগী য়াথংনা পুম্নমক অসি ইরুনি থংগনি"।**

হুৎ — কোংবা তুরেল, ইরিল তুরেল, তুরেল অচৌবা, নম্বুল তুরেল, চীঙ্গোই তুরেল, তাকয়েন, লক্ষেল, ইকোক, লোক্তাক, ইথৌরোক, নুংজেং কোন পুম্নমক লাইরোম্বা কৌজত্রুনা ঈরাংফুদা ইরু ঈশিং

হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি। লাইরোন্দি :— মৈ, ঈশিং মুংশিং, লৈপাক, অতিংঙা, লাই (৫) বু কৌজরগা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি। মাইগৈ ঙাকপা লাই— অৱাং কৌব্রু-চিঙৈ-মার্জিং, খানা চাওবা ৱাংব্রেন, নোংচুপ পম্বেং-ইপুধৌ-থাংজিং লাইরোম্না কৌজতুনা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি। (লাইয়াম পুম্নমক অসিগী মমাংদা) লাইরোন শোন্দুনা অঙাং অহু তাইরেন পোংফাই লাংথেম্না ইরু ঈশিংদা লুপ্লগা চাইথোক্তুনা শেংবীগনি। (চা-চন্দোন) লৈপাক্তগী উদগী মনম মুংশিবনা তরুগা অঙাংগী লাইবক্না চিংবা মফম (১২) দা থিনবিগনি।

"থৌরম অসি লোইরগা অঙাং অহু লাইগী মিংখৈ তাকপিগনি।"

১—লংহীংবু লংশেং ওইহনগনি লং মচা মাপন্না লংহীং শেমগনি মচা মাপনমক অহুবু পুক্লিং মখল মাপনমক্লি হায়না লৌগনি।

২—লংহীং মচা মাপন্না তিল্লগা লংহীং মচা অমা ওইগনি মচা তরেৎ শুনা লংশেং শেমগনি মচা থুদিংমকপু মথংশিংনা— থুমন-মঙাং-লুৱাং-অঙোম-মোইৱাং-খাবা ঙানবা ইপুধৌ (৭) মক্কি হায়না খংগনি।

৩—লংহীং মখল (৭) অহু পুম্না কিসি (৩) শুনা কিগনি কিসি (৩) মকপু থুমন-মঙাং-লুৱাং অহুম্মকী মশকনি হায়না খংগনি।

৪—লংহীং মচা (৭) অহু পুম্না কিগনি কিশিগী ময়োন অহু তেংবানবগী মপুদি ঈপুরোই মতোমতনি হায়না খংগনি।

৫—লংহীংগী ময়োন অতু তাইরেন পোংফাই লাংথেংনা ঈরু ঈশিংদা লুপলগা হুঁ—সিদবা অপোকপা পোকলেন পোকপা সাংলেন শাংপা সিদবা মপু ফুহিং সন্না লাইজরেন সন্না ফম্বাল মহিরেন অসি সোন্দনা চাইথোকলগা মপুগী মওংনি হায়না নিংগনি।

৬—উরিক অতু লিকওন অমনা ইপানি লিকওন অমনা ইমানি লিকওন অহুম শিরগা অনিনা ইপা ইমানি অমনা ইপুরোইনি নিংগনি।

৭—ইপুরোই অপোকপগী মিংথৈ (১৬) হৈয়া পোকপা-হৈয়া পোকপা-পোকপা-পোকপা-হৈয়া-হৈয়া-হৈয়া মহি-হৈয়া মহি মহি মহি, হৈয়া-হৈয়া।

[ লাইরোল তাকপিবা লোইরগা ]

## ৮—"পুক্লিংনা তেংবানবা মপুদা নোঙ্গহলবা চংজহনবা"

হুঁ৺ সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেস সাংপা ।।............ শাগৈগী ......... য়েককী মমিং ............ কৌবনা/কৌবীনা ঙসি কৌরৌ ......... মুমিংকী য়ায়ফ পুংকম লাকপদা সোরারেন্না চিংলিবা লাইয়ামগীদি মমাংদা ।। য়েকপু তরেৎ খংজগে পথাপ মতুং ইনজগে। মীতৈ মশীং চন্দুনা থৌগনতবু তৌজগে। পুক্লিং অমত্তা ওইত্নুনা বাশকচরি ননাইনা, খংবিহৌরো সোরারেন্না চিংলিবা লাই-য়াম্না। (সোরারেন্না চিং। লাইয়ামবু নিংশিংহুনা খুরুমগনি।)

৯—লংহীং লংশেং পাইহুনা=ঙসি কোরৌ নুমিত্ত পৌরারেন্না চিংলিবা, লাইয়ামগীদি মমাংদা। কোরৌ থক্তা থমহুনা থুমন-মঙাং-লুরাং-অঙোম-মোইরাং থাবা-ঙানবা ইপুথৌ তরেং-মকপ, শক্লবা, লংহীং লংশেং মচা তরেংমকপ পায়হুনা ইপধৌ তরেংমক্কী মথাতবু পোন্দুনা; তরেংমক্লা চংলম্বা পথাপ মতুং ইন্দুনা। লাইগী থৌগন তৌজগে ইপা ইপ থংজগে। ঙসিদগী হৌহুনা মীতৈ মশীং চঞ্জরগে হায়হুনা ননাইনা রাশক রারেপচরিবনি।

১০—লংহীং লংশেং থাংজগা=লৈ পাইথৎকনি। ছঁ সিদবা মপ অপোকপা পোকলেন পোকপা সাংলেন শাংপা। লাইনিংথৌ সোরারেন্নচিংবা লাইয়াম পুন্নমক। লাইনিংথৌ সন্নামহী কোনসেন তুথোক পাখংবা সাগৈ সলায় পোকখিবা ইপা ইপ পুন্নমক, পুন্নমক্কী থৌগনবু তৌজরগে হায়হুনা মপ সিদবগী লৈকোন নুংদগী হেকলকপা নুংশি লৈরাং খুজোকনা লৈরাংজরি ননাইনা রাশকচবা থুংহনবিয়ু তুবিউ কুবিউ হায়জরি। (ফম্বালদা লৈ কৎকনি)।

১১—ঈশিং কংগন অমা পাইথৎতুনা=ঙসি কোরৌ নুমিত্তা ননাই ..................... কৌবনা/কৌবীনা ইপধৌ পাখংবগী নুংজেং ইশেং পাইহুনা রাশক্লা ইচেন ওইনা ফমলেন থক্লা হৈজরে। মীতৈ লেংদা চন্দুনা রাশক মতোল লোমজরে ঙসিদগী হৌহুনা অহন য়াথং ইনজরে। লংহীং লংশেং পাইরিবা খুৎনা থাউমৈ, ঈশিং ঈরাৎফু, লৈবাক—হৈ-লৈ লৈরিবহু

শোক্তুনা লোইরগা চুমিং খা ঙাল্লি হায়না খন্দুনা শোয়ারেঙচিংবা লাইয়াম পুম্নমকত্ত ইপা ইপু .পুম্নমকপু নিংশিংদুনা লাইয়ামশিংগী মখমদা খুরুমদুনা থৌনিজহৌগনি। ( থৌনিরোল—ইপুরোইদি ইবুংঙো ননাই ওইনা লৈজগে লাইনিংথৌদি ইবুংঙো পুক্লিং চেৎনা নিজগে।। ইবুংঙোগী উমংদা লৈরাংতবু ওইদুনা হৌজরগে লৈকোন্দা কুমজা মতম নায়দুনা। সুংশি লৈনম ওইহনবিউ লৈকা লাংনা শাৎচগে লৈরাং লৈনম চৎহনবিউ থৌজানতবু ফংজগে ইবুংঙোগী লমচৎনা থোইমু থোইবু ওইবিরো লৈরাং লৈরিক চুপদুনা থৌজান মহৈ পিবিয়ো। চনজরোইরে লৈমনবু ইবুংঙোগী থৌজালনা পৎথজরোই লৈনাবু তায়বং মৈশা লাংবনা। অয়োন অরান ঙাকপিউ লংজা খিবিক কোকপিও নিজ মহৈ পিবিও থৌজাল মিৎয়েং তাবিও।। থৌজাল লৈপুন পিনবিউ ননাই ওইনা প্‌সিনবিউ নতেফমদা তেসিনবিউ নহনফমদা হনজিনবিউ। চুপ কুক-কুক-কুক। ( লোইরে )।

# লুহোংবা

## ৭ শুবা থৌরম

## পাখং, লৈশাবীগী লুহোংবগী থৌরম।

নিপা মচানা অহল নাক্তা চংজহুনা—পী মশক-খংলে-পা-মশক খংলে হায়হুনা "পাখং" কৌই। পাখং অসি চহি (২১) দগী (২২) চংলকপা চহি (২৩) দগী (২৪) চংলকপা চহি। (২৫) দগী (২৬) চংলকপা। নুপীমচানা মশাদগী তেংবানবা মপু ইপুরোই। অপোকপগী লৈ-শাংলে হায়বগী লৈ-শাংপী কৌই, লৈ-শাংপীদগী "লৈশাবী" তাই। লৈশাবী অসিনা পলেম-শিংগী নাক্তা চংজহুনা মশাগী লৈশক খংলগা। লৈশাবী অসিনা চহি (২১) দগী (২২) চংলকপদা চহি (২৩) দগী (২৪) চংলকপদা চহি (২৫) দগী (২৬) চংলকপদা। পাখং-লৈশাবী অনিগী পনথৌ মপানা পলেম মমানা লুহোংবা। লুহোংবগী মুমিৎ অসিদা তেংবানবা মপুগী ফমবান (২) থাগনি। ফমবান অমনা তেংবানবা মপুবু ইরাৎ থৌরমনা লেংশলহনবা মপুগী মতিক ময়াইবু থাহুনা মপুগী মিংথৈ শকপা। মুমিৎ অসিদা অহল লমন ইমা ইবেল, মরুপ-মপাং পুমমকপু লেংবিরক্লগা মপুগী মিংথৈ তাবিবা পুক্লিং মখন মাপনমকপু মপুদা মুংশিজবা, মুংঙাইবা, চংজনবা হায়জনবা মপুগী ফমবান থাহুনা মপুগী মিংথৈ শক-হলবনি ফমবান অমনা পাখং লৈশাবী অনিগী অপাম্বা মুংশিবা

থুংনহুনা পানাও শিংনাও তান্থুনা তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপগী খৌশিল মতুংইন্না তাইবং সন্নানবা পুন্সি মুংশাংনবা তেংবানবা মপুদা হায়জনবা ইপুধৌ (৭) তা হায়জনবা ইপা ইপু পুম্নমক্তা হায়জনবা তেংবানবা মপু ইপুরোইগী ফম্বান অমা থাবা। লুখোংবা মুমিত্তা পাখং অহু ফৈজোম শেংপা, কোয়েং য়েংপা, ফি অফবা ইনবা। লৈশাবীনা ফনেক ময়েকনাইবা শেংপা, লেসোন ফুরিং লিংপা, ইনফি ইনবা। ( খৌরম অসি লাংবা লোইরগা )

লুহোংফমদা তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপগী ফম্বাল অমা থাবা, চুক (৪) য়ুংবা, চুক ৪) গী মথক্তা অভৌবা ফিজং খনবা ফম্বানগী মমাংদা য়াম থরা চাইবা থামগী মথক্তা ফৌ থরা খিনবা ফৌগী মথক্তা ঈরাৎফু খিনবা, ঈরাৎফু মনুংদা উহৈ (১) লফোই (১) শেল (১) হাপ্পা, তেঞ্জৈ (৪) য়ুংবা, লংজা (৭) না কোইবা, হৈরুক লাকোই (৬), উহৈ লাকোই (৬), শেল (৬) মৈরা মেক্রুক কংকনি। পোৎলম পুম্নমক অসি লাংবা লোইরগা।

"ইপুধৌ পাখংবা নুংজেং ঈশিং ঈরাংনা কৌগনি।
ইপুধৌগী য়াথংনা পুম্নমক অসি ইরুনি থংগনি"।

লু—কোংবা তুরেন, ইরিন তুরেন, তুরেন অচৌবা, নম্বুল তুরেন, চীঙ্গোই তুরেন, তাকয়েন, লম্ফেল, ঈকোক লোক্তাক, ইভৌরোক, নুংজেংকোন পুম্নমক লাইরোম্বা, কৌজহুনা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি। চেং-লৈ হাপকনি।

লাইরোন্না—মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা লাই (৫) বু কৌরগা ঈরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি। চেং লৈ হাপকনি

লাইরোন্না— মাইগৈ ঙাকপা লাই (৪) বু কৌগনি। অৱাং কৌব্রু-অৱাং নোংপোক চিঙ্খৈ মাৰ্জিং-খানা চাওবা ৱাংব্ৰেন-নোংচুপ পনথেং ইপুধৌ থাংজিং। "লাইয়াম পুম্নমক অসি কৌবা লোইরগা লাইয়ামগী মমাংদা"। উচান মচেৎ (৩) না মৈথাং অহুম্মক লৌরগা শিং-মরম (৭) য়াওনা মৈ-হোৗগনি, পী-পানা মৈরম (১০) বু লাইরোন্না কৌজরগা। মৈদা ইরু ঈশিং হৈগনি। চেং-লৈ কংকনি (লাইরোন্দি)—

(১) চুৎ মৈশা নুবী কোনজিন তুথোকপা। (২) চুং-মী মুৎশং। (৩) চুৎ-তরংঙাং। (৪) চুৎ ঙানতুংহিং। (৫) চুৎ ঙানতুংঙান। (৬) চুৎ-শংতরেং। (৭) চুৎ কেমনুবী। (৮) চুং মৈহিংশং। (৯) চুৎ-মিৎতরেং। (১০) চুৎ-শংনুবী। মৈরম (১০) অসি ঈরাৎপা লোইবদা ইপুধৌ (৭) খুমন, মঙাং, লুৱাং; অঙোম, মোইরাং খাবা, ঙানবা ইপা ইপু পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা পুম্নমক কুম্লে হায়না নিংগনি।

**ইপুধৌ পুম্নমক্কা মমাংদা পী পানা লাইরোন সোনবা নুপী মপানা কৎপা।"**

ঙসি——— থাগী———————পানবা————— কোনবা নুমিৎ অসিদা — — — সাগৈগী — — —— য়েককী কৌবা/ কৌবীগী মমোম লাংলেন মমিং ——— কৌবী অসি — —— সাগৈগী —— — কৌবা/কৌবীগী মপারী মমিং — — —

কৌবদা লুহোংজগে। ইপ্ধৌ পুম্নমক্লা —— — —— কৌবী লাংলেন ইচা মুপী অসিগী পুক্লিং মখল (৯) মকপু অফবা লন্বীদা লমজিংবিদুনা পাননাও শিংনাও তাদুনা তেংবানবা মপুগী তাইবং সনদুনা পুন্সি মুংশাংবা য়াইফা লৈপুন চাইথবিনবা ইপ্ধৌ পুম্নমকপু কৌথজদুনা ননাই— — —কৌবা/কৌবীনা থুরুমজরি। ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ-কৎকনি।

"অসিগী মতুংদা নিপা কৌথোকনি, নিপা অদু লাই থুরুমহনগনি। (লাইমাংদা ফমহনগনি) তাইরেন পেংফাই লাংথৈনী ইরু ঈশিংদা লুপলগা নিপা অদুগী মশা পুম্নমক পী পানা মীশেংবা পোৎ শেংবা লাইরোন সোন্দুনা চাইথোকনি।

নিপা অদু ইরু ঈশিংনা মশা সেংদোকহনগনি ঈশিং কংগন (১) মখুত্তা হৈরগা মখুৎ শেংদোকহনগনি অমুক হৈবনা মালেমদা (৩)লক হৈদোকহনগনি অমুক হৈবনা মসাদা (৩)লক থকহন্দুনা মশা শেংদোকনি অমুক হৈবনা মখুৎ শেংহলগনি মসিগী মতুংদা :—

তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপদা হায়জা নোনজদুনা থুরুম্বা।

ঙসি——————থাগী——————পানবা——————কোনবা ——————মুমিৎ অসিদা——————সাগৈগী —————য়েক্কী কৌবা/কৌবীগী মপারী ———— কৌবা অসিগা —————— সাগৈগী —————য়েক্কী কৌবা/কৌবীগী মমোম লাংলেন——— ———— কৌবী অসিগা পুন্না লুহোংজবা অসিদা ——————

কৌবা/কৌবীগী মপারী ——— কৌবা অসিগী পুক্লিং ৱাংখল (৯) মকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবিহুনা পননাও শিংনাও তাহুনা তেংবানবা মপুগী তাইবং সনবদা মপূং ফাহন্দুনা য়াইফ লৈপুন চাইথবিনবা পুন্সি মুংশাং পিবিনবা তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপা ইপুধৌ পুম্নমক্তা ননাইনা খুরুমজরি। ইরু ঈশিং হৈগনি। চেং-লৈ ঈরাংফুদা হাপকনি। (অসিগী মতুংদা মুপী পুথোক্কনি) মমানা মচা মুপী অহু পুরক্কনি মপান য়োরগা মচা মুপী অহুদা খুদৈফিদক (১) শেল (১) উহৈ লাকৌই (১) পিরগা মপাদা কৎহলগনি। অহুগা তেংবানবা মপুবু খুরুমহনগনি মীয়ামসু খুরুমহনগনি। অহুগা লুহোংফমদা পুসনগনি।

(মুপী অহু নিপাদা শেংবা অহুগুমহুনা, মশা শেংদোকপিগনি।)

অহুগী মতুংদা--নিপা-মুপী অহু মখুৎ য়েংকা ওইগা লোম্ন-হন্নগা মুপীগী মমানা মখুৎ অহু পুলহনগনি। মখুৎ অনিগী মথক্তা কুজাপোৎ থাঙ্গৎকনি।

অসিগী মতুংদা—পী পানা লাইরোন শোনবা মুপী মপানা তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপা ইপুধৌ পুম্নমক থৌনি-জহুনা খুরুমজবা। লাইরোন্দি ঙসি কোরৌ মুমিংকী য়াইফা পুংফমদা তেংবানবগী মপু ইপুরোই অপোকপনা য়াইফা মিংয়েং তাবিরে। মুমিং-থা অপানবা অমসুং মৈ-ঈশিং-মুংশিৎ-লৈপাক-অতিংঙা মঙামক তিল্লরে। মাইগৈ ঙাকপা লাই অৱাং কৌব্রু অৱাং নোংপোক মাজিং থানা চাওবা ৱাংব্রেন নোংচুপ পনথেং

ইপুধৌ থাংজিং তিল্লরে। সোরারেন্নচিংবা লাইনিংথৌ সন্নামহি পাথংবা লাইয়ামস্থ তিল্লরে। ইপুধৌ খুমন মভাং লুৱাং-অঙোম মোইরাং খাবা ভানবা (৭) মকস্থ তিল্লরে। ইপা ইপু পুম্নমকস্থ য়াওবীরম। লাইয়াম পুম্নমকী মমাং অসিদা ইপা ইপুনা চৎলকপা পথাপ মতুং ইন্না ননাই —— সাগৈগী —— য়েক্কী মমিং ——— কৌবগা — — — সাগৈগী ——— য়েক্কী ——- কৌবীগা পাখং-লৈশাবী অনি অসি পুন্সিগী (লৈপুন তিনবা) লুহোংবা হায়বতু ওইজরবনি। তেংবানবা মপু ইপুরোই অপোকপা লাইয়াম পুম্নমক্কা ননাই পাখং-লৈশাবী অনিগী পুক্রিং মখন (৯) মকপু অফবা লম্বীদা লমজিংবীতুনা পাননাও শিংনাও তাদুনা পুন্সি মুংশাংনা তেংবানবা মপুগী থৌসিন মতুং ইন্না তাইবং সনবদা মপুং ফানবা য়াইফা লৈপুন চাইথবিরম্মু হায়না পাখং-লৈশাবী অনিনা খুরুমজরি। ঈরাংফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি চেং-লৈ হাপকনি।

মতাং অসিদা—মুপী মপাগা নিপা মপাগা লাইমাংদা মখোয় অনি ওনসিন্দুনা খুরুমহলগনি। অসিগী মতুংদা, কুজাবগী মথক্তা পুন্সিগী শেল থাদনি।

অসি লোইরগা—পাখংগী মকোক্তা, লৈশাবীনা লৈ (৭) লক চাইহনগনি—খুরুমহল্লগনি লৈ পরেং অনিতু হুকনি খুরুমহলগনি মরাইবক কৎলগা ফমহনগনি। পাখংনা, লৈশাবীদা লৈ পরেং অমা হুকনি। মখোই অনি লাই খুরুমহল্লগা ইমুংদা পুসিনগনি।

অসিগী মতুংদা—পী-পানা লাইয়ামবু লোইশিনখ্রা—ওনি কোয়ৌ নুমিৎকী য়াইফা পুংফম অসিদা তেংবানবা মপু ইপু্রোইনু অপোকপা মৈ-ঈপ্রিং-মুংশিং-লৈপাক অতিংঙা য়াইগৈ ছাকপ লাই, অরাং কৌব্রু, অরাং নোংপোক মার্জিং খানা চাওবা রাংরেন, নোংচুপ পনথেং ইপু্থৌ থাংজিং লাইনিংথৌ সন্নামহি–পাথংবা ইপু্ধৌ খুমন-মঙাং-লুরাং-অঙোম-মাইরাং-খাবা ঙানবা (৭) মক ইপা ইপু্ পু্মমক্তা ——— সাগৈগী ——— য়েক্কী ননাই ——— ক্লৌবগা ননাই ——— সাগৈগী ননাই ——— কৌবীনা লাইয়াম পু্মমকী মফমদা ইপা ইপু্ পু্মমকী মফমদা হায়নিংবসু হায়জরে য়িনিংবসু নিজরে নহলফমদা হল্লজিনবিরো অতেফমদা তেবিরো।

হু সিদবা। কুক কুক কুক। (লোইরে)।

"লুহোংবা অসিদা মচাগী লমন তরুক শিংবা লোইরে। নুমিৎ অসিদগী পাথং/লৈশাবী অনিনা পনথৌ মপাগী পলেম মমাগী লমন অমুক পু্রগনি"।

# সিংথা চৈথারোন।

লাইনিং অহল ইবুংঙো ফুলোনা থিজিনবিদুনা ইবৌরম্বা। অহল ইবুংঙো মোইরেংজম মুনান্না উনম তৌবীরম্বা।

## ৮-শুবা থৌরম।

### (১) লালনা থৌরমগী অহানবা।

তাইবংগী নোংগাখ্রবা, নোংগাখ্রবীগী ইমুংগী মী খুদিংমক্না লালনা চুকসা থৌরম য়ৌদ্রিফাওবগী মন্থুংদা. মুমিং খুদিংগী, মুমিং-য়ুংদ্রিফাওবগী মন্থুংদা তৌগদবা থৌরম। নোংগাখিবা মুমিত্তগী মমাং ময়াইদা উরেন অথোইবন্থী মথোংদা নিংনাবুংগী মফমদা ব্রাই তৈথোকলগা অপোকপগী ফমবাল (১) থাবা ফমবালগী মথক্তা চৈ খরা কংপা ফমবালগী মমাংদা হৈরুক লাকোই (১) উহৈ লাকোই (১) লাগী তেংকোং (১) দা ঈশিং হাপ্লা, লাগী তেংকোং (১) দা যনগোম হাপ্লা, লাগী তেংকোং (১) দা চুহি হাপ্লা. লাগী তেংকোং (১) দা লফোই (১) থোকলগা হাপ্লা থৌরম পুম্নমক লাংবা, লোইরগা, তাইরেন পোংফাইনা ইরু ঈশেংদা লুপলগা চাইথোকপা চাইথোকপা লোইরগা কোয়ো হলবা, মুমিং সনাম্হি, য়েকপু পোকপা ইপুথৌ পাখংবদা কংপা। কংনবা লাইরোন, ওসি থাগী-মুমিং-অসিদা-মমিং-কৌবানা/কৌবীনা তাইবংদা চাহৈদবা চাখিরা, য়েংহৈদবা য়েংঙবা, সোকহৈদবা সোকউবা, তৌহৈদবা তৌরুবা মপ্দা লংজখিবা, পুম্নমক কোকপিনবা, মপোক মপোক

খুদিংদা য়াইফখিনবা ননাই মমিং—কাবা/কৌবী ঐখোই পুন্নমক্তা মমিং—কৌবগী/কৌবীগীদমক পোৎলম থরা অসি লাংজহনা মুমিং খুদিংগী কোরৌহলবা মুমিং সনামহি, য়েকপু পোকপা ইপু,েখা পাখংবদা কৎচহনা খুরুমজরি। ফমবালদা মী পুন্নমক লৈ কৎকনি। মুংথিলনা মুমিং খুদিংগী অহল লমন-ইমা-ইবেন মরুপ মপাং কৌজহনা মপুগী মিংথৈ রারি লাইরিক তাবা ( লোইরে )

## (২) লালনা চুকসা থৌরম মুমিত্তা তৌগদবা থৌরম।

থৌরম হৌদ্রিভৈদা অপোকপা মপুগী ফমবাল অমা সেমবা, ফমবালগী মথক্তা অঙৌবা ফিজং থনগনি। ফমবালগী মমাংদা য়াম থরা চাইগনি। য়ামগী মথক্তা পললালদবী য়েক্কনি, পললালদবীগী মথক্তা কৌ থরা থম্বা ফৌগী মথক্তা অহলবা চফু [১] দা হৈনৌ মনা [৩] না পুল্লগা ইরাৎফু খিলগনি ইরাৎফুগী চিথেক [৪] দা তেনজৈ [৪] য়ুংবা=লং-অহিংব-লংজা [৭] না কোয়গনি কোয়রিবা লংজা অহু ইরাৎফুদগী হেনগৎপা য়াদে, তেনজৈ [৪] গী মখোংদা হৈরুক লাকোই [৫] উহৈ লাকোই [৫] থাগনি ঙমজবা শেল [৫] কৎকনি ইরাৎফু মমুংদা লকোই [১] উহৈ মরু-মনা [১] শেল [১] সন্না-লুপা হাপকনি লৈ-শু-চেং য়াওগনি, তাইরেন পোংফাই লাংথৈ শংব্রৈ য়াওগনি ঙমজবা শেল মপুদা কৎকনি মেক্রুক মৈরা থাগনি ফমবালগী মথক্তা অপোকপা মপুগী কৈফেজোম [১] কোয়েৎ [১] কৎকনি থৌরম অসি লাংবা লোইরগা।

## (৩) শোনবীগদবা পী-পানা তৌগদবা থৌরম।

সোনবীগদবা পী পা অদুনা সোলফমদা চংদ্রিবৈদা, লাইনিং অহল ইবুংঙো ফুংলোনচিংবা অহল ময়ামবু নিংশিংদুনা অপোকপা মপুগী ফমবালবু খুরুমজবা। সোলফমদা চংলগা ফিদা অদু খুৎনা সোল্লগা (৩) লক লাইবক্তা কৎলগা খোংগ্রাই চন্দুনা ফমবীরগা ইসাবু সেংদোকপীরগা, য়েকপু পোকপা পোকলেন পোকপা লাইনিংথৌ সন্নামহি ইপুধৌ পাখংবা কৌব্রু-মার্জিং-ৱাংবরেন-থাংজিং লাইয়াম পুম্নমকপু থম্মোইদা নিংশিংদুনা খুরুমজবা।

## (৪) পী-পানা কৎকদবা মী অদু কৌসিল্লগা থৌরম তৌহলবা।

কৎকদবা মী অদুনা কেংল অমদা অঙৌবা অশেংবা ফি অমনা, ইশিং অদু চুমদুনা সেংকহল্লবগা, ইরাংফুগী মমাংদা থম্বা। কৎকদবা মী অদুনা ফিদা অদু মখুৎনা সোকহল্লগা, লাইবক্তা কৎলগা খোংগ্রাই চন্দুনা ফমহলবা। লাগী তেংকোং অমদা ঈশিং হৈরগা-লৈ (১) থাদবা মখুৎনা কাংগন (১) পাইরগা অমুক কনবনা মাংলৈমদা (৩) লক হৈদোকপা অমুক কনবনা মশানা (৩) লক থকহলবা অমুক কনবনা মশাগী মখুৎ শেংদেকহলদা, মখুৎনা মশাগী মফম (১২) সোকহলবা, হকচাং পুম্নমক থিংদুনা য়েৎ—ওয়-শানদুনা লোইরগা, খুৎমচা তারগা তিঙ্গোং কাঙ্গোং অমম্নুং খুম্নপোন শাগনি। অসি লোইরগা তাইরেন পোংফাই লাংথৈনা ইরু ইশেংদা লুপহললগা, মশা অমম্নুং লাংলিবা পোং পুম্নমক লোইনা পী-পানা লাইরোন শোলদুনা চাইথোকহলগনি।

## (৫) পী-পানা লাইরোল সোনবা হৌবা।
## (লাইরোন)

হু সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা ইবুংঙো ইবুংঙোগী য়াথংনা ইশেং ইরু ওইরগা, পাথংবগী ইকোনদা ইশেং ওইনা তুংলগা। নহাই তাইরেন পোংফাইদা সিনথরকপা মতমদা, তাইবং মরুপ খিবিঙ্কী য়ংইফা থৌরম লাকপদা। নহাই তাইরেন পোংফাইনা ইশেং ইচুম হায়রগা ইশেং ইচুম মখিকপু মফম খুদিং তারগা, অমাং অশোই ফন্তবা মরিনশিংনা কোক্কনি লাইয়ামশিংনা লেপনবা সিদা য়াথং ইচেননি। হু সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপা অসি হায়রগা চাইথোক্কনি। লাইরোন অসি মী—সেংবা-পোং -সেংবা-অনম্বা-কোকপা থৌরম পুম্নমক্তা সোনবা য়াগনি।

## (৬) ইপুথৌ পাথংবগী নুংজেংগী ইশিংবু ইরাংনা ইরম তরেং লাইরোন্না কৌগনি। (কৌগদবা লাইরোন)

হু কোংবা তুরেল, ইরিল তুরেল, তুরেল অচৌবা, নম্বুল তুরেল, চীঙ্গোই তুরেল, তাকয়েন, শমফেল, ইকোক, লোকতাক, ইঙৌরোক, মুংজেংইকোন, ইরুবিনচিংবা ইরাংফুদা তু লরো ননাইনবু কৌজরি। ইরাংফুদা ইরু ঈশিং (৩) লক হৈগনি।

## (৭) লাইবু লাইরোননা শেংগনি
## (সোনগদবা লাইরোন)

হু সিদবা মপু ইবুংঙো। অপোকপা পোকলেন পোকপা শাংলেল শাংপা। ইবুংঙোগী য়াথংনা পুম্নমক্কি। তেংবানবনা

ওইদৌদা অশেংবনি হাইদুনা ইশেং হাইনা খঙনখি, লাইগী মরুপ খিবিক্লা মপুথৌদি পাখংবা তাইবং চিঙ্গাক লোমবদা, সেংখরবা মফমবু থিরকলবা মতমদা, মুংজেং ইকোন ইশেংদা য়াতারগে লেংশিনখি শেংখরবা ইশেংনি তাইবং চাদা তাকপিখি। তাইবং চাগী য়ায়ফা ইরাং থৌরম লাকপদা মুংজেং ইকোন ইশেংনা চায়রবা মতমদা। ফত্তা হৌথি মাংগনি তিনকোক লাইকোক ওইগনি লাইয়ামশিংনা লেপনবা সিদা য়াথং ইচেন্নি। মুংজেং ইশেং ইরুবী ইফুন্নুংদা তুংলরো ইপ খৌম্ব পাখংবা ইফুন্নুংদা ঙানবিরো। হু কুক-কুক-কুক। ইরাংফুদা ইশিং-লৈ-চেং হাপকনি।

## (৮) মথাগী লাইরোনসিনা লাই মঙা কৌগনি।

(১) হু সিদবা মৈ-কৌবা লাই ইবুংঙো। নসেক নঙান নিংথিবা য়াইফা মুংঙায় পিরিবা। অফা ফত্তা চাকইবা অমম অঙান থাই-রিবা। ইরাং থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফমসিদা লাকপিরো য়াইফা মিংয়েং তাবিরো। হু সিদবা মৈবু খুরুমজে। হু কুক কুক কুক ইরাংফুদা ইরু ইশিং হৈগনি লৈ-চেং-হাপকনি।

(২) হু সিদবী। ঈশিং লৈমা ইবেম্মা। ইশিং ইচেন ইন্নুং ওইব্রিবী তাইবংপানবা য়োক্লিবী লাইজা ইশিং ইরুবী অফা-ফত্তা শেংলিবী। ইরাং থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফমসিদা লাকপিরো থৌজান মিংয়েং তাবিরো। হু ইশিংবু খুরুমজে। হু কুক-কক-কুক। ইরাংফদা ইরু ঈশিং হৈগনি-লৈ চেং হাপকনি।

(৩) হু সিদবা। লাইজা মুংশিং-লাইজা ইবুংঙো। মুংশিং নামিবা তাইবংপানববু হংহনবা থৌরায় হাইনা খংডিবা তেংবানবদা শিংলিবা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি, মফমসিদা লাকপিরো য়াইফ মিৎয়েং তাবিরো। হু সিদবা মুংশিং নিংথৌ ইবুংঙোবু থুরুমজে। হু কুক-কুক-কুক। ইরাৎফুদা ইরু ঈশিং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(৪) হু সিদবা। লৈপাক মালেম ইমা ইবেম্মা। তেংবানবগী মমানি য়েনবৌ হুনবী য়ায়বীনি। তুংনফমবু ওয়ম্বিবী মচা ননাই য়োকলিবী। ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফমসিদা লাকপিরো য়াইফা মিৎয়েং তাবিরো। হু লৈপাক লৈময়োনবু থুরুমজে। হু কুক-কুক-কুক। ইরাৎফুদা ইরু ইশিং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(৫) হু সিদবা অতিঙাবু থুরুমজৈ। অতিঙা-লমজাও লমহাং ওইরিবা ইনিখোনবু পোকলিবা মুমিৎ থাবু অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা। ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। মফমসিদা লাকপিরা য়াইফা মিৎয়েং তাবিরো। অতিঙা লমহাং লমজাওবু হন্না হন্না থুরুমজে। হু কুক-কুক কুক ইরাৎফুদা ইরু ইশিং হৈগনি-লৈ-চেং-হাপকনি।

## (৯) মথাগী লাইরোন অসিনা মাইগৈ ঙাকপা লাই (৪) বু কৌগনি।

(১) হু সিদবা অরাং কৌক্রু লাইবু লাইরোম্না কৌজরি। অরাং কৌক্রু অসুপ্পা লৈমা লাই খুন্দা অহানবা থা (৬) ইথাবা থা (৬) উন ইবা অরাং নোংচুপ লাকয়েন মফম তাকইবা।

ঙসি য়াইফা নুমিত্তা ইরাৎ তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। ইরাৎফু মখোংদা ইরু ইশিং লৈ চেং কৎকনি।

(২) হুঁ সিদবা। চিংথৈ মার্জিং লাইবু লাইরোম্বা কৌজরি। চিংথৈ মার্জিং লাইনিংথৌ তাইবংয়েন অরাং নোংপোক মফম তাকইবা ঙসি য়াইফা নুমিত্তা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। ইরাৎফু মখোংদা ইরু ইশিং-লৈ-চেং কৎকনি।

(৩) হুঁ সিদবা। খানা চাওবা রাংব্রেন লাইবু লাইরোম্বা কৌজরি। খানা চাওবা রাংব্রেন খমনুং তুবী নিংথৌরেন তাইবংপান্বা চিংভিবা খা নোংপোক মফম তাকইবা ঙসি য়াইফা নুমিত্তা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি। ইরাৎফু মখোংদা ইরু ইশিং-লৈ-চেং-কৎকনি।

(৪) হুঁ সিদবা। ইপুথৌ থাংজিং লাইবু লাইরোম্বা কৌজরি। ইপুথৌ থাংজিং কোইরেংলাই তাইবং পানবা থাংতুনা পুরিবা খা-নোংচুপ মফম তাকইবা ঙসি য়াইফা নুমিত্তা ইরাৎ থৌরম তৌজরি ননাইনবু কৌজরি।
ইরাৎফু মখোংদা ইরু ইশিং লৈ-চেং কৎকনি।

## [১০] মথাগী লাইরোন অসি সোন্দুনা লাইয়ামবু কৌথগনি। মতম (২) থাবান হাপকনি

লাইরোন্দি—ঙসি-থাগী—পানবা-কোনবা—নুমিৎকী য়াইফা পুংফম অসিদা নচা ননাই য়েক্কী - সাগৈগী মমিং—কৌবা ননাইনা থক্লো ফিজং খঞ্জরে খাদা ফমলেন শেমজরে সিদবা মপু ইবুংঙো মফমসিদা লাকপিরো। সোরারেম্না চিংলিবা লাইগী মরূপ

প.ন্নমক, ইপা ইপ. পুন্নমক মাইগৈ ঙাকপা লাই প.ন্নমক। সনামহী লাইনিংথৌ ইপ.থৌদি পাখংবা। থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা নচা ননাইগী তাইবং মমিং—কৌনা হায়জনিংবা হায়জগে নিজনিংবা নিজগে হাইদুনা কৌথজরি। থৌজান মশক ওইদুনা মক্ষম অসিদা ঙানবিরো। খুবাম চাংজৌ লোন্দুনা খুরুমজরি ননাইনা। ইরাৎফুদা ইরু ইশিং হৈগনি লৈ-চেং হাপ্কনি।

## [১১] লাইয়াম পুন্নমক কৌথজবা লোইরগা।

ইপা ইপু প.ন্নমক্কা লোইননা লাংজরিবা পোৎলম (১৬) না চিংবা পোৎ প.ন্নমক, য়েকপ. পোকপা পোকলেল পোকপদা কৎচগে হায়দুনা, কৎকদবা মী অদুনা তাইরেন পোংফাইনা ইরু ইশেংদা লুপলগা পী-পানা লাইরোন শোন্দুনা চাইথোকহনবা। পী-পানা লাইরোন শোনবা। কৎকদবা মী অদুনা চাইথোকহনবা।

## লাইরোন

হুঁ সিদবা মপ. ইবুংঙো। অপোকপা পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা ইবুংঙো ইবুঙোগী য়াথংনা ইশেং ইরু ওইরগা পাখংবগী ইকোন্দা ইশেং ওইনা তুংলগা নাহাই তাইরেন পোংফাইদা সিনথরকপা মতমদা তাইবং মরূপ খিবিকী য়াইফা থেৌরম লাকপদা নাহাই তাইরেন পোংফাইনা ইশেং ইচুম হায়রগা ইশেং ইচুম মরিকপু মক্ষম খুদিং তারগা। অমাং অসোই ফত্তবা মরিন শিংনা কোকনি, লাইয়ামসিংনা লেপনবা সিদা য়াথং ইচেননি।

হুঁ সিদবা মপু ইবুংঙো অপোকপা পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা। অসি হাইরগা চাইথোক্কনি।

[১২] **চাইথোকপা লোইরগা,** কৎকদবা মী অতুনা য়েকপু পোকপা পোকলেন পোকপদা পোৎলম (১৬) না চিংবা পোৎ পুন্নমক মপুদা কৎচগে হাইতুনা খুরুমহল্লবা। খুরুমবা লোইরগা কৎকদবা মী অতু ওই থংবা মথুনা মালেমদা থম্বা, য়েৎ থংবা মথুনা য়ুংথৎপা, খুবাম তারা লোম্নহল্লবা পী—পানা লোইরোন সোলবা।

পী-পানা সোন্নবা লাইরোন।

ঙসি—থাগী - পানবা - কোনবা- য়াইফা পুংফম নুমিত্তা—য়েক্তা—সাগৈদা— পোকলমলবা— নোংগাশ্রবা —নোংগাশ্রবী— মমিং—কৌবনা—কৌবীনা তাইবংদা— চাহৈদবা চারুবা—য়েংহৈদবা য়েংঙ্বা - সোকহৈদবা সোকউবা - তৌহৈদবা তৌরুবা, মপুদা লংজখিবা পুন্নমক কোকপিনবা মপোক - মপোক - খুদিংদা য়াইফখিনবা, য়েকপু পোকপা ইপুধৌ পাখংবা পোকলেন পোকপা শাৎলেল শাৎপা সিদবা মপুগী খুয়াখাদা ঙমজবা হৈরাং · লৈরাং — মনামশিং পোৎলম (১৬) মুনা লাংজতুনা ননাই মমিং — কৌবনা — মমিং — কৌবীনা - মমিং —কৌবগী—কৌবীগীদমক কৎচতুনা খুবাম তারা লোম্নজতুনা খুরুমজরি।

ইরাৎফুদা ইরু ইশিং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

**(১৩) মথাগী থৌরম অসিনা পী-পানা লাইরোন শোন্দুনা পোৎলম (১৬) কী মমিং অমমম হাইদুনা য়েকপু পোকপা ইপুধৌ পাখংবদা কৎহলবা। কৎকদবা মী অদুনা ইরাৎফূদা ইরু ইশেং হৈগনি - লৈ-চেং হাপকনি।**

পী-পানা সোন্নবা লাইরোন।

(১) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা লৈপাক মতুম (১) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং-হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(২) ইপুধৌ পাখংবা থক্তা মঙান পীরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং - কৌবগী - কৌবীগীদমক - মমিং - কৌবনা ফমবাল ফি (১) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি-লৈ-চেং-হাপকনি।

(৩) ইপুধৌ পাখংবা থক্তা মঙান পীরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা (ইশিং) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি-লৈ-চেং-হাপকনি।

(৪) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা, মমিং —কৌবগী-কৌবীগীদমক মমিং— কৌবনা (মনম মুংশিবা) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ-চেং হাপকনি।

(৫) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং -কৌবগী/কৌবীগীদমক মমিং-কৌবনা (মেক্রুক থাওমৈ) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(৬) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং —কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং— কৌবনা (চাক) কৎচরি। ইরাৎফুদা-ইরু ঈশেং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(৭) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং —কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং – কৌবনা (ফি, কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি-লৈ-চেং-হাপকনি।

(৮) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং— কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা (উহৈ মরু মনা কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি-লৈ-চেং হাপকনি।

(৯) ইপুধোদি পাথংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ-থাদি

অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম সুমিত্তা মমিং—কৌবগী - কৌবীগীদমক মমিং-কৌবনা (মরোই মনামশিং) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং-হৈগনি-লৈ-চেং-হাপকনি।

(১০) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা সুমিৎ-থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম সুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা (লৈ-শু) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ-চেং হাপকনি।

(১১) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা সুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম সুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা (য়েমপাক) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

(১২) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা সুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম সুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং - কৌবনা (লুপা) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

(১৩) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা সুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম সুমিত্তা মমিং—কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং-কৌবনা (সনা) কৎচরি। ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

(১৪) ইপুধৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা সুমিৎ থাদি

অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা, ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং —কৌবগী—কৌবগীদমক মমিং— কৌবনা (হিপ্পনবা) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

(১৫) ইপুথৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা, ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং —কৌবগী - কৌবীগীদমক মমিং-কৌবনা (যন) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

(১৬) ইপুথৌদি পাখংবা থক্তা মঙান পিরিবা মুমিৎ থাদি অপানবা তুংনফমবু ওইরিবা ঙসি য়াইফা পুংফম মুমিত্তা মমিং - কৌবগী—কৌবীগীদমক মমিং—কৌবনা (খুরুম) কৎচরি।
ইরাৎফুদা ইরু ইশেং হৈগনি লৈ চেং হাপকনি।

## (১৪) মখাগী থৌরম অসিনা।

পোৎলম (১৬) অসি কৎপা লোইরগা চেং লৈ অহু লোইনা শোমজিন্দুনা ইরাৎফুদা (৩) লক হাপচিল্লহললগা, ইরাৎফু অহু খুবাম তরানা অমুকতং শোকহললগা, খুবাম তরা লোম্নহন্দুনা খুরুমহলবা।

## (১৫) পী-পানা লাইরোন সোন্দুনা লোইসিনবা।

হু৺ সিদবা মপু। অপোকপা পোকলেল পোকপা শাৎলেন শাৎপা লাইনিংথৌ সোরারেন, লাইনিংথৌ সনামহি, য়েকপু পোকপা ইপুথৌ পাখংবা, অরাং কৌক্রু, মার্জিং, বাংত্রেন, ইপুথৌ

থাংজিং. ইপা ইপু পুম্নমক ঙসি য়াইফা পুংফম অসিদা—
...শাগৈদা পোকলমলবা মমিং কৌবনা "কৌবীগা তাইবং
লোইহন্না, "নাংগাথ্রবা-নাংগাথ্রবী, অসিগী মপোক মপোক খুদি
য়াইফখিনবা. ঙমজবা-হৈরাং-লৈরাংনচিংবা পোৎলম (১৬)
কৎচহন্না. হাইনিংবস্থু হায়জরে নিজনিংবস্থু নিজরে নহলফম
হলবিরো নতেফমদা তেবীরো।

(১) হুঁ সিদবা মপু অপোকপা পোকলেল পোক
শাৎলেল শাৎপা।

(২) হু৺ সিদবা মপু অপোকপা পোকলেল পোক
শাৎলেল শাৎপা।

(৩) হুঁ সিদবা মপু অপোকপা পোকলেল পোক
শাৎলেল শাৎপা।

( লোইরে )



লাইনিং অহল ফুলোনা থিজিনবিদুনা ইবিরম্বা লাইরিকশিং

১ । মীতৈ ময়েক অহানবা মপী-লাইরিক ।
২ । ঐগী বারেং ।
৩ । মীতৈ হৌভম বারী ।
৪ । পামহৈবা ।
৫ । তেংবানবা অমস্নুং লাইনিংথৌ লাইপাও ।
৬ । থাইন নোংইন ।
৭ । অহল য়াথং ।
৮ । অপোকপা মপুগী তুংনফম ।
৯ । মীতৈ ঈশৈ ।
১০ । সনামহি কোনসেং তুরৈ সেংবগী বারি ।

নরাননা থিজিন্দুনা ইজবা লাইরিকশিং

১১ । অঙাং চাউম্বগী লাইরিক ।
১২ । অহলনা নহাদা লাইনিংলম্বগী পাওতাক ।
১৩ । অঙাং ইপান থাবা থৌরম পরেং অশুবা ।
১৪ । কোৎলাই খুরুম্বা ফোকৌরোলগী লাইরিক ।
১৫ । অহলনা নহাদা অপোকপা খুরুম্বগী বারিলিবা ।
১৬ । নোংলোন পথপ বাচেৎলোল সনামহি নিংবা পুন্সিলোন ।
১৭ । তেংবানবা অমস্নুং লাইনিংথৌ লাইপাওগী বাহলথোক ।
১৮ । লমতাই থাংজা সজিফু চৈরাওবদা কোম্তোংদা বাই তৈথোক্লগা লুক্লেন অহুম থাদুনা কৎননবা লাইরিক ।
১৯ । মথং মথং নমথোকপ ডমহনবসু খাই ১০ না থৌজানবীয়

*Printed at :*

**Arunkumari Printing & Stationery Works,**

**Thongju Part—II, Indo Burma Road, Canchipur—795003.**